# মহৌশাগী নুংশি মপাউ

খাইরাকপম আনন্দিনী দেবী

 মমল রুপা ৪·০০

কোঙজবী ঃ কমলিনী দেবী






অহানবা খুৎনম ১৯৭৫ ইং
কপি মশিং ১০০০

---

ছাপা নম্ফম ঃ—
ভাগ্যবতী কার্য্যালয়, চূড়াচান্দ প্রিন্টিং রার্কস, ইম্ফাল।

# মাহৈ অম-নিদং

শৈরেং ইবগী অমুগা ইনিংবগী থম্মোয় লোক্তগী হৌরকপা ইহুলগী ইচেল অসি ঈরোও অহুম ফাংনা চেম্বরকই। পোকচেৌদগী লোম্ন-নম্রকপা কবিতা শক্তিনা চেস্তোকহল্লকপা অমা, লেখক লেখিকা অতুনা মশাগী শৈরেং ইবগী অতুগা ইবা হৈ হায়বগী শক্তি অমু উংনীংবদগী ছন্দ রস অলঙ্কার য়াম্না হাপ্পুনা ইনিংবগী রাখন্দগী চেস্তোকহল্লকপা অমা অমুগা লেখক লেখিকানা মাগী পুনশিদা থোকখিবা তিম্নবা কায়নবা, অন্না মুংডাইবা নীওডমহৌদবা অসিনচিংবা থৌদোক্তগী তৌশি-ন্নদবা থাক্লৈশেংবা মীৎলু ঈরাগা লোয়ননা থম্মোয় লোক্তুদগী হৌরকপা মশানা অহুম চেস্তোকচবকপা অমা অহুম অসিনি। পলেম পম্মৌ কায়নবদগী, মপারী মমোম কায়নবদগী, অপাম মুংশি কায়নবদগী ছন্দ অলংকাব তাংকক তাল্লেপফম খণ্ডনা তেংথানাওই থোঙ্গেলগা লোম্ন-ননা খণ্ডহৌদনা থোকখিবা শৈশক শৈবেং অমু অহুমশুবা ইরোও অসিগী মন্নুংদনি। লেখিকা কুমারী আনন্দিনী দেবীগী "মহৌশাগী মুংশি-মপাউ" হায়বা কবিতা অসি হৌজিক হায়রিবা অহুমশুবা ঈচেল-সিদগী তাউথবকপনি। অমুবু মহাক্কী খুৎইসিদা অহানবা মথলগী মচাকপু ইয়াও য়াওদবদি নত্তে। "মহৌশাগী" হায়বা ৱাহৈ অসিমক হাপ্পা মতিক চায়। মথক্তা হায়রিবা মখল অহুমসিগী মন্নুংদা অহান-বগা অহুমশুবগা অনি অসি য়াম্না তাওই। অসিগুম্বা শৈরেং অসিনা নীংবা কায়রবা তাইবং মীগী থম্মোয়দা শান্তি পীগনি। শৈবেং অসিদা বৈরাগ্য হায়বদি শান্ত রসনা মউ ওইবগা মধুব বসনা মশা ওইনা য়াল্লি। লেখিকা অসিগী লেখনীদগী অসিগুম্বা শৈরেং অসি মথং মথং থোরকখিনি হায়না আশা তৌই

পদ্মশ্রী কালাচান্দ শাস্ত্রী

সাহিত্য ভূষণ।

# ৱাহৈ খরদং

চন্নাংনরবা পুন্সি অসিদা লাংতক্লবগী লোইবা নাইদে। হিংনবগী লানকম অসিদা লাইবমলেন্দা চঙশিনগদবা মীওইববু শারমলেন্দা চংহল্লি। চঙশিল্লকইবা বিজ্ঞান অমস্তুং মেছিনগী কলচক্র অসিনা মহৌশা লাইরেম্বীগা শাগোল্লজবিবা মীওইববু অস্রম অস্রম থাপ-তোকহনখি। ওইবকই পুন্সিসি অর্থ য়াওদ্রবা। লম্মাংনরকই অচুম্বগী লম্বী। মীওইবনা মশাগী মগুণ মাঙজরকই।

'মহৌশাগী হুংশি মপাউ' হাযবা লামায় ৮৩গী শৈরেং (খণ্ড কাব্য হায়বা য়াই) অসি হৌজিক্কী মতমদদি অচৌকপা খুৎইনি। অমুক পাবদা থাজকদে অনিবক পাই- অণ্ডমলক পাই। পাবিবা খুদিংগী কল্লবা অমস্তুং অর্থ য়াওবা ফংলকই। থোইদোরক্ত পুন্সিগী লানফমদা চঙশিনবদা ভাউবিবী কবি অসিগী রাখলদগী খোংবকপা খুৎই অসিমা যোগী ঋষিশিংগী বাখলবু খুদোনবী থিন্দুনা তাকহ। পুন্সিগী অনৌবা অর্থ অমা পুথোবক্লবা লাকনৈ। কালিদাসকী শকুন্তলদা বনগী হৈপাল-লৈপাল উনীশিংনা যিজেং থোল্লকপদা ওক্রবা ওমদে। অদুবু অচুম্বদি অমনি। ইংঙাগী পাইরিবা নোংবু উবদা মশানৌ কায়নরবা যক্ষগী চৈনাথোল ঐখোযদা ফাওদবা নাত্ত। অদুবু কদায় ফাওবা চুম্বগে হায়বত্হদি শঙদে। তশেংবমক্তি ঐখোযসি অলকাপুরীদগী তাম্থোক্লক্লবা যক্ষশুম্বনি। মহৌশা লাইবেম্বীগী তম্পাক্তগী নাম্থোক্রবনি। অসিনা মাঙপ্রে—শান্তি অমস্তুং পুন্সিগী অর্থ।

শৈরেং অসিগী মতুংইন্না নহা ওইবিবী কবিনা চীংয়াদা মতম খরা লেম্লুনবগী খুদোং চাবা ফংখি—পলেম পম্থোগী তুংইন্দুনা। অদুগা খোংনখি মহৌশা লাইরেম্বীগা। শাংলিবা লৈরাংগা মরূপ শানখি—নোংমদোন্নগী থাজপা, ইংঙাগী নীম্থরকপা নোংমরীক মরীক্কা, ঋতুগী

ওয়কইবা শক্তোয়লিংগা উনহুবা য়ায়ী শায়রি। থম্বোয় থম্বোয় পাউ-দয়খি। কবি কমলগী অশার্ম-তুম্‌শিংগী রাখল পুন্নিবা নত্তে। কবি চাউবগুয়া চংথরীবা থৌদোকশিংগী য়াতাকয় ওইবনবা নত্তে। নোং-চুপকী কবি রাঙসবার্থকুয়া প্রকৃতি হায়বসি থম্মায় পানবনি য়ায়ী শাবা য়াবনি হায়বসিগী তশেংবা প্রমান অমা পীরি। ফজরিবা অমনা য়ায়ী শানবগী থোঙ্খোকশিং অসি, ছন্দগী মঙাল অসি অশেংবনি হায়-বসিনা লামায় থুদিংদা ফাওহল্লি। ব্রহ্মচর্য্য রাখয়া মচু শংঙবা কবিগী রাখলদা মহৌশা লাইরেম্বীনা পোকহল্লকই—পুন্নিগী অর্থ অমসুং অধ্যা-ত্মিকী রাখল। তাইবংশেম্বা মপুদা চঙজবা অমসুং য়েংথোকখিবা থুদিংদা ইবুংঙো মাগী শককমতমক মঙবা। কবি অসিবু যোগীনি হায়বদি ওমদে,' অদুবু লাইতোংলবা মাইবীগুমনা হায়দোয়কপা খরা অসিদি উনবা শক্তি অংনা ইনশিল্লকপনি। রাখলদগী থোরকপা নত্তে।

কাননরমদাহুৎণা মতমদসু কবিনা কয়াদা থম্বোয় শোক্পা কোঙদোকপ্রবা —

নকুরুবী ঈমা — ও।
ওমজক্রে থাদোকচবা,
খোঙসে য়োংহল্লিংনা পুনপ্রে
( লামায় ৬৪ )

অদুবু য়ুমদদি হল্লকপা তাই। নীলখোঙলবা লমদমদা চঙলকপা তাই। অদুবু চংলমদাইগী মতমদা মখোঙ শোমজহুনা শাৎলক্কবা লৈরাং কয়াগা পাউমেল্লরমই। নপাম্বীতা ওইরবসু খাঙলমঙ অমুক লাকখিনি হায়রমই। অদুবু কনানা খঙগনি? শোয়ত্রে খঙবদি কায়নরিবা মীকুপ্পুদনি।

শৈরেংসিগী লোইশিল্লকপদা কবিনা অপাবশিংদা পাউদমজরি—

"পুকচেল শেংনা-ঐহাক্না থম্মায় য়াওনা তমজরি,
পাজজরুরি ঐনা কথোকচবা থম্মোয়সে
নীংজরুবা মহৌশা মাগী মুংশি মকাদা।

পামেল থৈরা অমোনবা চেক্লোনা কাম্নোংবগুম "
ঈমাই' তম্পাক অমোনবা শান্নজৈ হুডাইনবু ।
পুন্সিবু অনৌবগুম খঙহনা ঐহাক্না
য়েংজৈ ঐনা নুংঙাইনা অনৌবা লম্বী কয়া।
উজরুবা অত্তবু পাউদমজবনি ঐনা
তাকুবতবু ঐনা তমজবনি ওশেংনা।
শাগৎচবনি ঐনা ঐহাক্কী পুক্নিংসিদা
তোলপ্পকবা লম্মন, শিংজনবা হায়ত্তনা—
নুংশিববী মহৌশা ঈমা মাগী মকাদা
লৈরাং পরেং অমবু লেংজরগা ইথুংনা
পূজা তৌজনীংইদো ঈমা মাগীদমক্তা।"

( বিদায়—লামায় ৮২-৮৩ )

অয়াম্বনা হায়বা যাই—কবিগী 'লৈরাং পরেং' অসি মতমগী কবিতা নত্তে; হৌজিক্কী জগত্তা চুনত্রবনি। অত্তবু পুন্সিগী লানফমদা চোকথরবা কনাগুম্বনা চেনা অমনিদং হ যদোকপদা অনৌবা মীওইপোক্কী অর্থ থেংনবা যাই। কজবা অমস্তুং অপাম্বগী লাংদা থুরবা কনাগুম্বা শাবী শানৌশিংনা অর্থ যাওরক্তুবা পুন্সিগী অর্থ খিরকপদা লাইরিক অসিগী লামায খরদা -হাইহ খবদা ওংডকপগা লোয়ননা থেংনবস্তু য়াই। কবি মশামক্না ফাওবা পুন্সিদা অস্তুম অস্তুম চঙশিল্লকপদা, ওল্লকইবা পুন্সিগী শক্লোন্দগী চহি কয়াগী মতুংদা শৈরেংশিং অসিবু অমুক্কা হন্না পাবদা ওক্না থোকপস্ত যাই।

ঐহাক্কি মতমগী কবিনি ঐহাক্কী শৈরেংগী জগৎনা তোঙানবনি। অত্তবু ঐহাক্না হায়দি হায়র্নিংবা ফোংদোকপদি ঙমদবা, চংতি চৎনীংবা যৌকবদি ঙমদবা লমদমহুগী মপাউখোল খরদি নহা ওইরিবী কবি অসিনা ফোংদোক্লে হায়দবা ঙমদে।

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী,
ইম্ফাল।
সেপ্টেম্বর ১, ১৯৭৫।

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# সরস্বতী বন্দনা

ঙসিগী অয়ুকসিদা ঐগী মীৎকী পাশিংসে
উমশিল্লন্বা তোক্কুনা হাইদোরক্লেদো তপ্প।
তাইবং মণ্ডাল পুম্নবু ভিল্লবী সরস্বতী
লেঙবীরক্লী ঙসিদি ঐগী পূক্লীং আসন্দা,
তোল্লবী মমোম ঐবু থৌজালবীগে খন্দুনা।
ইকোক নোম্না নমোম্না মায়থোং লৈ'দা নূক্কুনা
শম্লাং ঐগী চোইন-তা খুরুমজরি ঈমাও,
লমজিংবীয়ু নমোস্নু ঙসি নোংজাসিদগী।
ঐগী রাখল তোরৈদা খকপ-নাইত্র' ঈচেলবু
চেলহনবীয়ুকো নওনা পুক্লিচুপ্পসিমগী।

# মহৌশাগী নুংশি মপাও

## অহানবা শরুক

চৎলে চীংয়া পাংহনা
ফোংঙুমদনা ফাওরক্লে
থম্মোয়নুংগী নুংশিবা।

মতমগী তমথীরবা লানফমদগী কনবীবা,
তাইবং ঈথক-ঈরাংগী ঈয়ায়দগী কনবীবা,
থম্মোয়নুংগী শান্তিবু তত্তনা যংহনবীবা,
ঈমা মানি মহৌশা, নুংশিনফম ওইরবী।
মাগী মেওল' থৌজাল্লা শুদ্ধাংলহনা ঐসে,
কখোকচত্রে থরায়সে ঈমা মাগী মকাদা।
ওসি চংলি ঐহাক্না পলেন-পন্থৌ তুংইন্না,
পামজরুবা ঐহাক্না, নুংশিরুবা থম্মোয়না
ঈমা মাগী শক্তম্বু, 'চীকপা লমদা চংলগা
ঊরগনি খন্দুনা পুক্নীংসে নুংঙাইহনা।
পলেম-পন্থৌ নুংশিবা চংলি ঐবু পুবীরি

লবুক লমহাং তমতুনা থরায়-মি-য়োক হুন্নবা।
মুংশিরবা ঈরমদম, ঈয়ুম্বু থাদোকুনা,
লাঙ্গোল য়োংলম ফাত্তুনা মালেম্বু লৈতৌনবা।
'য়ুক্কী য়েন্দা অহানবা খোংত্রিতৈ মমাংদগী,
অহিংগী অমম্ববু কোক্তিৈন্দগী হৌনা
খোঙশান্দোরকপনি ঐ, পলেম পম্মৌ লোয়ননা।
লিরি হুম্বা অয়ুক্কী অঈংবা মুংশিংসিনা,
য়ৈরবদা ঐহাক্কী ঈশাসিদা অমুক্তং
পুক্নীং হকচাং শেংলবোই হন্না হন্না নীঙলক্লে।
তাইবং জীব পুম্নবু য়োকপীরিবা মঙাল্না,
মালেম পৃথ্বী পুম্নবু ভালহনবীরিবা মানা,
মতীক লৈবা মুমিংনা নোংপোক চীংদোম্বক্তগী
সনা মান্না লংলবা মঙালবু কাপথোরক্লে।
মতম কুইনগী ওইনা নক্করুদ্রবী মানি,
রাখলত্তু খন্না খন্না শক্তিভু কৌবা থাগী
পানখৎলকপাসিদগী, হৌনা খোঙকাপ রাইরক্লী।
অচীকপবু পামজবা ঈহৌশানি ঐহাক্কী,
য়েংনিং য়েংনিং উনিংনা রাখলবু তাওথরক্লে।
অরাপ্পদনি লাপ্পা—মীখোল তাদ' মফমনি,
ঈরাংতনা থল্লবা অচীকপবু ফংদ্রবা,
রাখলগী চঙজফম্বু লৈত্রবা মফমত্তুদা
নত্তে লৈরুগদবা, ঈংলবা অত্তুদনি।
চীঙয়া-তময়া অশংবা, লবুক-লমহাং অতাম্বা,
অশোঙবা নারক-শিঙলক, অহাংবা-উমং-রামং,
চীঙলক্তা চেম্বা তুরেল, তময়াদা লৈরিবা পাৎ,
হৈকোল-লৈকোন নীংথীবা, কুঞ্জবন-নিকুঞ্জবন,

মালংগী শাম্নকমনি খোইমুগী মশাইকোলনি,
চেক্লাইদি চাক্তাকমনি, পোম্বীগী চিন্দীনকম্নি,
ফৌনাগী রাসমণ্ডলনি, লৈচিলগী পোথাকমনি।
মফম অসে ঐগীদি থম্মোয়মুংগী মন্দিরনি,
শেংলবা মন্দিরদনি, পূক্নীংগী আশ্রম্মকনি।
মন্দির অসি তম্নবু চঙশিল্লক্নী ঐখোয়না,
তুংগী লম্বু তুংইনা, মাঙগী লম্বু নকহল্লী।
পামজরুবা ঐহাক্নী মহৌশা কৌবী মাবু,
মুংশিজরুবা ঐনি অচীকপা অন্থতবু;
কৌজরক্লে থম্মোয়না হন্না হন্না মাতবু।
মহৌশা কৌবী মাবু য়েংজনিংবা মীৎসিনা
চৎলিয়ে খোরাংলবী ঐনা হরাও মুংঙাইনা।
য়েত্ত ওয়দ চৎপীরি পলেম পম্থৌ ঐহাক্নী,
মবুকখোক্নী মমোম্থু েোয়ননা চৎমিন্নবা
ফংজবদা পেন্দুনা পলেম পম্থৌ অনীনা
মমোম ওইবী ঐহাকপু চোকথন্নিনি খন্দুনা
থৌনা হাপ্পা রাইৈশিং হন্না হন্না হায়রক্লে—
"মাঙগী চীঙচেপ লাল্লগা চীঙখোঙ তময়া অতুদা
খাঙপোক অমা উরনি রারুরক্ত ইমোম্-ও"
হায়না হায়না নক্লক্লে উরক্লে খাংপোকশঙদা,
মফম অত্থু য়ৌত্থনা পোথাজবা ফংলক্লে।
মহানমখৈ উদবা শক্তমঙাক্তা ঙসিদি
ঐগী মীত্তা উরক্লে পূক্নীংবু থ্ক্নাংলক্লে,
হায়কম তৌকম খঙদনা তুমিন্ লেপ্পা য়েংলক্লে।
অহাংবদা মালংনা নানবীবগুম ঐহাকপু
অচীকপদা খুৎশম্না পুবীবগুম ঐহাকপু,

ঐগী থম্মোয় পেঞ্জরি মফম্‌সিদা ঙসিদি।
পলেম পন্থৌ অনিগী চাউগোইম্মুংদা লৈদুনা
অহাওবদা চাত্নুনা অথুম্বদা থকুনা
মুংশিবা মিং-কৌবু-তা, চান্নবী মীৎয়েংহুবু-ফং,
অসিগুম্না মুংঙাইবা ফংখিদেদো কৈদৌঙৈ।
চীন্নাম্থোংদা মোমোম্না নোকখ্রবম্থু ঐহাক্না
থম্মোয়মুংগী অপেনবা ফোঙঙমদনা মুংঙাইব
ফংঙমদনা লেঞ্জখি, নীংশিংলি ঙসি ফাওবা।
অত্নবুনে ঙসিদি তান্নবা মফমসিদা
হৌজিক্কদা থম্মোংসে মোমোন মোমোন নোক্লক্লে,
পূক্নীংসে হৌহল্লক্লে অনৌবা ঈথক ঈপোম।
মুপীজা ওইনা ঐনা, পোক্লবম্থু মপোকসে
চীকপা লমদম অসিবু য়ৌননবা লাকপদা
পাঙ্গল শোক্লী কাওথরে, পাঙ্গন্নগুম নীংখরে।
লোইবী পল্লোন খুদিংগী, লৌবুক লৌফম খুদিংগী
চরুগী খাংপোক লৈরি, ঙৌনা ঙৌনা উরিয়ে।
চোকথংবা হকচাংনা পোশাগে নীংলকংদা
লৈরুগনি মুংঙাইনা খাংপোকশংগী মখাদা
পলেম পন্থৌ লোয়ননা নোংমই লৌরাং শূরগা।
রাখল অসিবু তৌনা রাগ অসিবু শানা
লৈরক্লে মফমসিদা অশেংবা ঈয়ুমগুম্না।
নোংমগী নোংমা অসুম লেপ্পা লৈতনা হৌজি,
মুংশিদা খল্লুবদা পূক্নীংসি মুংওল্লিদা।
অচীকপবু ফংজনা চীক্লবু লৈরক্লগা
নীংশিংহল্লি ঐহাকপু ঈশ্বরগী থুংশেমনি।
থম্মোয়গী মুংশিববু তম্বিবনি মহাক্না।

পুক্নীংগী অন্নাবস্থু হৈহনবনি মহাক্না,
মহাকপু খুংশিবস্থু মহাক্তনা তম্বীরি।
ঐগী ইমা খুংশিবী, ঐবু পোকপা পম্মৌনা,
ওলাংলবা কালেনগী খুংশা মৈশা মরক্তা
মালেম লৈপাক তৌত্নুনা লাঙ্গোল য়োংলম ফাত্তনা,
তাইবং থন্নায় হুক্লেদো, চান্না মচা লিংলেদো।
অহল মতম ওইবনা মপাক্কলস্থু হল্লবনি,
মতম্না তানসিন্নক্নী থবক্তনা ন্নাংহৌরি,
ঙরাংতা লাকপোঙ্গ নীংবা থাবুম অনী হায়রক্লে,
অয়ুক অমা খুংথিল'মা অসুম অসুম হৌখন্নে।
ঈমা লৈবাক লৈমগী তম্পাক্তবু তাঞ্জবা
পোৎশক্তুনা কৈদৌউ লেম্না মাঙবা লৈত্তেদো।
নেম-নেম্মনা লোইরোইনা শংন-তুম্না হৌরক্লে,
মালেম পৃথ্বী-থকসিদা থোক্লিবা থৌদোক্ খুদিং
খুংশিনিঙাই ঙাক্তনি, খুংঙাইনিঙাই মশক্নি
খুংশিরে লমদম্ অসে কাউডন্নবোই কুইনগী,
ইচিক চীক্না হাঙনবু থাদো'ক্লমখিনিদো সে—!
চীঙ্গোল্ অহুম লান্নগা, তম্পাক্ অনী চৎলগা
পম্হৌ মাগী লৌবুক্তা কৌদি অমুক হুন্নুনি।
অহিং মতম লোইত্নুনা ইম্নুংঙান্নক্নদোরে,
অমম্ববু তান্দুনা অঙানবনা শিন্নক্লে,
অমম্বা কৌবা মাসু চঙজফম্ লৈত্রবদা
উনারক্তা মরক্তা মাঙম্রে স্বাই-স্বাই তুমিন্না।
অঙনবা অয়ুক্তুদা মালং মাগী শহুমদা
পালেম্ পাম্হৌ লোইননা খোংকাপ অমুক ন্নাইন্নক্লে
য়েংবদবু কিন্নবা, শুক্নবা মোংশোংশিংসে,

শা-কৈবু থোরক্কনি খল্লুবগী মহুত্তা,
মুংশিরবা অমখবু ঐঙোন্দবু ফাওরক্লে।
চীওগী মুঙ্গাই মরক্তা ঐগী খোঙনা চৎপদা
অরা অনা ফাওহুনা তুংহনবগী মহুৎতা,
মোল্লবা রেসমথক্তা খোংদাবগুম নীংলক্লে।
লোযবী চীংবু কাবদি অরাববু ফাওদেদা,
চরোৎ হাবুং কাবগুম, লৈপুং মচা লাম্বগুম
অরাববু ফাওদনা চৎলক্লে ঐহাক্না সুম।
মতম কুইনগী তুংদা ওসিসে কাওজরোই
ঐগী রাখলগী মীৎনা ফংলুদ্রবা উজবা,
অমুক হন্না উজবা ফংলেকো শল্লুবদা
লৈতাদ্রে ঐগী পুক্লিং তহানা, জ্বর কাবক্লে।
লৌবী লৌবুক শমতুনা লমশাং হন্না চৎপগী
পোত্থা ওহনা চেঙজেল চা, পোত্থাজরে ঐখোয়না।
পলেম পস্থৌ যম্লিডে উনা-উশা যেংগে খন্
ঐনা চৎশিল্লি নরা, উপল তম্না মখোঙদা
উবক্লে ঐনা অসুম পোহনা হেন্না ডক্রবা।
হে ঈশ্বর খুঙজদ্রে, ঐবু কবি মহৌনো।।
মুমিদাংবু নওনা তাহবংসিদা ঐহাকপু
মঙহনবীবে মঙলানবু হাহিংতগী ধর্ম্মদো।
মাঙদা উরিবশিংসে উনা-উশা ওাক্তনি,
হৈপাল্লিপাল মঙুনি, উপাল মপাল ওাক্তনি।
শংবাল্লববা উনা তবা তবাবত্তুদা
হবি রাইত কমানা মযেবলানা ফজনা।
মহু শাৈত ক্লাবম ওহবমদ্রে নৎলমদ্রেদো,
হাওজনিবা অহুনি ‘মহৌশা’গী মকাদা

কুমজা কয়াগী মাঙ্‌দা লালুম্নবা ঐহাক্না।
নাপীশীংবী তিংথৌশিং মালেম্‌ লৈতেং ওইরিবা
পীকপদগী পীক্লবা চাউবদগী চাউরবা
তথোং তথোং নীংথিবী তনো-তনো ফজবী
লৈনা-লৈকা থুংনবা উনা উকা খুদিংগী
তাশোল্‌ পান্না ইবিবা ঐগী থম্মোয শোক্লা
উকবা ঐগী মীংনা পুক্লিং হুংবংনজখি।
হায়কম তৌকম ওঙ্‌দনা তিংথৌথক্তা ফম্‌থরে
মফম্‌ মতম্‌ খঙ্‌দনা লাংতক্লনা লৈজখি।
কনাগী য়ান্নানোনে কদায়দগী লাক্‌পনো ?
শোল্লগা খোজেল্‌ অমা তারক্লে নাপ্পসিদা—
ইরম্বদা নত্তনা মখোল থোক্লক্লমাক্লে।
হায়বক্লে অমুক্‌হন্না তাবক্লে শেংন-শেংনা,
মতম্মদা নহাক্না মীরায়না তৌখি ঐবু,
ঐগী হপাউ রাহৈবু তাদনবা হোৎনখি,
ঐগী মাযথোং উবদা উশিন্নদনা নঙ্‌না
লৈথোক্‌খিবদো থুনা ঐবু করি নত্তবগুম্‌
থওইখিদে নহাক্না তশেংবমক্তি মদো
নহাক্কী নবালনিকো, নঙ্‌তনা তৌজবনি।
নোংমা হুমিদাংবাইদা নঙ্‌বু ঐনা কৌবদা
পীরক্‌খিদে পাউথুম্বু, য়েংবতনক্‌ য়েংলক্‌খি,
উনা উনা উদনা তুমিন্‌ লৈখি ফমহ্নুনা,
হন্না-হন্না কৌকবা নপুক্নীংদি নহাক্কী
নীঙমদনা লৈহৌখি অফা অপুম্নহুনা।
অরেম্বদা ঐহাক্না নঙবু তৌবা লাক্‌খিদো,
হুংজাইতনা ঐহাকসু থোরকখি থোক্নালদগী।

নোংমা কণ্ডনা য়াবদো মচুগী মরমচুনা
খঙজবনি নহাক্তি, কুমজা কয়া কুমচুনা
লৈকরবা অয়োনবা ওসিদি ফোঙলবনি,
হাক্তিক্তদা নহাক্না খঙজরবনি শেংনা।
পম্বমগম্ব হৌগৎলো, তাইবং নঙগী নপুক্তি
থিংথোথক্কা কমচুনা নিংঙাইদবা তমগম্ব,
কোয়োইহনবা মুমিংনা লরাই কোকোন লোমজিতে
খোঙচৎ লমশাং ইন্নবু মাঙগী লম্বী চৎশিলহো।
চৎলো-চৎলো নীংথীনা শিরি হুম্বা মালংগী
হয়াও ঈথক ঈপোমদা জগোয় তাম্বা চাননা
পূক্নীং অয়া কোক্রবা মৈচাক মৈশা নেমনবা
ঈংঙলুয়ো অমুক্তং নশামক্না নশাবু।
কম্মম্বদগী ঐনা তপ্না-তপ্না হৌগৎলে
খঙজরক্লে হৌজিকতি ঐহাকী তৌজমনবু
নীংশিংলক্লে ফাওরক্লে তশেংনা উজরক্লে,
নীঙমদবা মৈচাক্না চাক্লক্লে হৌক্তিক্তদা।
ফোঙওমদবা অরাবা ফাওরক্লে থম্মোয়চুংদা
য়াথৈশিংচুগী খেন্নাং লোইবা লৈতনা তারি,
মওন-মওন খল্লক্লী 'মতিক-চাদবী ঐনি'।
য়ায়-পূক্নীং পুত্তনা অমুক লনশাং চৎলক্লে,
লমদমনসুম তাম্নকতে মহৌশাগী কজবা
শক্তম্ মথং-মথং উয়ক্লে ঐগী মীৎনা।
লাইজ-পায়-তুয়েলগী ঈচেলগুম য়া-য়া লাউনা
ঈথক-ঈপোম চাউন-কা চেম্বরক্লে য়াখলনা,
তাউথরক্লে ঐহাকসে য়াখলগী ঈরৈলক্তা
পলেম-পম্মৌ কাউরক্লে ঐহাকপু পুথীরিবা,
ইদোম চৎপগুম্নক্লে, তাউয়ে ঐহাক মালংদা

লশিংমক্ষোনগুম যাংনা মালংনা পুবগুমে।
লাপলমদবে থুংকমস্থ উবা ফংলে থাংপোকশং
মফমতুদা চগুতনা পোশ্বারুবে লৈকয়ে।
ঐগী রাখলগী মশা ফজোবক্লে থুনমক্ক
পকিং-পরিং নাইনবু উহনবীবে তশেংনা
চীন্দী থোক্ত পুক্রীংদা লৈশিলৈথোগ্গবক্লে—
"হে মহৌশা কৌববী, নীংথিজবী লাইবেম্বী।"
পগুজববী নমোমনা লানবা পুম্বা ভাকপীযু।
থগুজদবী ঐহাক্লী তুগী পোবম উদবী,
লৌশিং থেনবী ঐহাক্লী তাক্লগতা মথগুবী,
ফংলগতা মরাবী মীগুইকবা ইবাম্লী।
নগুগী ঈমা চীক্লবী তাইবং মহৌশাসিদা
শান্নজগেকো ঐগী রাখলনা ঈনীংতমনা।
যেংজগে ঐগী মীংনা পেন্না পেন্না নগুবুতা
শুক্লাংনা নীংথিজবী নহাক্কী শক্তম অসে
নগুগী মমল নাইদ্রবী ভমথৈ লৈত্র' শক্লোনবু
উহনবীযু ঐহাকপু চানবীযু নচা ঐবু।
নগুগী শক্তম যেংনা লেপ্পনীংলে পুক্নিসে
নগুগী মোল্ল ভম্পাক্তা শান্নজবা গুম্ভোইনা
অরাবা মৈচাক ফংলবা মতমদস্থ ঐহাক্লা
নগুগী শক্তমু পেন্না যেংজবগা ঈমা-ও
অরা মৈচাক ঐহাক্কী ঈংলগেনে ঋুংশিবী।
নহাক্কী ফজবসু তিন্নজবা ফংবনা
স্মংভাইতবা কয়াবু কোকচবগে ঈমা-ও
হে মহৌশা লাইবেম্বী খুকমজরি নহাকপু।"
খৌখগুলবা মালংবা লিবি-লিরি হুমতুনা

হৈনম-লৈনম পুন্থনা খুংগি-খুংগি য়েন্নক্লে,
পুন্নীংসে ঈথক হৌরে হৈনম-লৈনম ফংবদা।
ঐবু খুংঙাইহল্লগা মালং মানা মথংদা
লোইবী চীঙয়া লান্নবু লৌবুক লমহাং ফাওনবু
মালং খোঙদোই হুনখবে, তান্ন তান্না হুমখরে ;
মহৌশা লমদম কোমনা হাইন হুম্না শিংখরে
অরাবা খুংঙাইতবা পুন্নীং ঐগী চোকথবা
পুন্নমক ভমনা কোকস্ত্র তেকখৎলে ঐগী হকচাং
'নৌবা থোনা হাপ্পীরে ঈংহনবীবে ঐহাকপু
মহৌশাগী ওম্পাক্তা হৌজবিবা পাম্বীশিং
লোইনা মোমোন মীনোন্নী মাযথোংমবা লামজবী
মহৈ-মহৈ যেংনবি হবাও হু চাই যেংদাক্লী।
রাবী শানবি লোন্না মথে য মশেল ওসন্না
অরাবা খুংঙাইবগী মবোল মবোল নাইখ্রবা।
ঐগী পুন্নীং অতিযা বুপ্পী 'মম্বা লৈচিল্লনা,
থৌজাল মহৈ ফংলস্ত্র নিজকবা ঐহান্না।
ওমজদবি ফজবা আশেংবা থম্মোয শান্তি।
হকচাংগী খুংঙাইবনু ফংলস্ত্র হে ঈশ্বর।
পুন্নী শিগী ভাচীকপা ফংজদাব ঐহান্না।
মীৎকী পিনা কাবক্নী ঈথক ঈপোম নাউনবু
লাইজ মাগী ঈপাস্তা ঈশিং ঈচেল কনবগুম
ঈচেল নাইনা চেন্দুনা লাইজ-ঈখায় পীরক্নী।
লোন্না লোন্না হৎস্তা কনা উদ-তাদনা
পুন্নীং ঐগী ইবোমদোম হীক-হীকপু লাউবিরে
লোইবোই লোইবোই চীঙমাযদা শংবান্নলা হৌরিবা
নেমনেম নেমনেম ফৌনানা মথং মথং মান্ননা
কযাদা কজনবু খোং-নৌনা উরিবনো।

রাংলবা লোইবী চীঙজাউ চীঙচেপ-চীঙমানাপোমদা
কুংলবা উপাল-মাপাল রাং-চাউরবাহুদগী
অমুকমুক তপ্লা-তপ্লা মালংনা হুমকপদা
খুকউ-খুবোম রাংজবী কুচু পানবী কৌনানা
কয়াই মতীক হয়াওনা মুংডাই জগোয় শারিবা।
পুম্নপ-পুম্নপ চীন্দীম্না তুমিন-তুমিন চীম্নোক্না
পুন্সি মারী শানরি অরায়-অখুম তৌনরি।
চীঙগী চীঙখোঙদা লেপ্লা, উ-রা কয়া কয়ানা
মুশুক-মুশুক তুমিন্না তুম্বক-তুম্বক তাশিন্না
লিরি খোইরি লেপ্তুনা ফৌনা জগোয় য়েংলিয়ে,
মখোয়' রারী শীঙবুলবু তারিমাক্নে লোম্নবু
লোইবী চীঙশাং অঙম্বা তমগী তময়া তম্পাক্তা,
চীঙলক চীঙমায় চীঙখোঙদা লৌবুক লমহাং লৌরীদা,
খোম্থাং য়ৈনা লাউনরি 'শংব-ফৌনাই মপাউবু
শক্তমশিংসি উৎগা মখোয় মতৌ য়েংলগা
মতম কুইনগী তুংদা নৌহৌনরা ফাওরক্লে,
নীংশিংলক্লে ঙসিদি মাঙগী রাফম কয়াবু
তাইবং কনামতগী মীরাং খোঞ্জেল ফংদবা
মীখোল নাখোল তাদবা লম্বী মদোম লৈরিঙৈ,
ইদোম তুনিন চংলিঙৈ হংজখিবা মাহংদো
পুন্সিসিবু করিনো? ঐগী পুন্সি অসিদা।
মাঙদা চঙশীনক্রীবা খোঙকাপ খুদিং থাংলিবা
তত্তনা হঞ্জিল্লীবা জ্ঞানগী লম্বী পরিংদা
ঐগী পুন্সিনি হায়না থমজরিবা য়োক্নুনা
পুন্সিনিকো পুন্সিনি, থিরিবসে পুন্সিনি
পুন্সি হায়বা শক্তম'ম পুন্সি চক্রনুংসিদা

তোপ্পা লৈবা নত্তেকো ঐনা মতৌ তম্নবা
থিনা-থিনা নোংমগী তম্ন-তম্না মতৌবু
হৌজনখ্রিবা মতমসে পুন্সিদুনি মীওইবা।
ওসি ঐনা থাংলবা খোঙকাপশিংসে মাঙলোমদা
ঐগী পুন্সি অসিগী শরুক অতুনি শরুক,
মাবু থিবনি ঐনা লম্বীদুদা চৎন চৎনা
খনখি নোংমা অস্নমনা লুকরুনা ঐহাক্না
তপ-ঈংনা শিংলিবা মাল, খমগোন নামবা
উনাবক্তা চঙদুনা শাত শাই, ব্রা ব্রা লাউবক্লে
ঈমা মহৌশা নঙগী থৌজাল মহৈ ফংজরে,
চকথেংননা শোক্লরে, হে ঈমা মুংশিপোইবী।
নঙবু নীংজবিমখৈ ঐবুস্ত থৌজালবীয়
পুন্নী ঈথিল পীরবা লাযনা কোকহনবী নঙনা
অদুবু হে ঈমা-ও! নঙগী কাযনা মৈচাক্তী
কবিনবু কোক্নি শংজাদ শংদুমজদে
ওসি ঈমা নহাকপু নীংজবিবা অসিগুম
পুন্সি পোলোই তমযাও—নীংজগে-গো ঈমাবু।

ঈড়া থাদি থাম্মুংশি
লাক্লে ঈশি ড়াইবীথা
ঈথৌলাংবা কোকহনবী

কোবৌ কোক্তোন লোম্নফাও লৌবাং শৃবি লেপ্পুনা,
হায়রুরি ঐনা অমুক পলেম পম্লৌ যেংদুনা
“ওক্লে পলেম মুংশিবী, হন্নাসি পম্লৌ নঙবু,
কোবৌ মাস্ন কাখবে মঙালমাস্ন যাক্লক্লে
ঐগী হকচাং চোকথবা হন্নাসিবা থাংপোক্তা
ন্নাববিনি হকচাংদো পোথাকবসি চৎসি।”
হন্নক্লে খাংপোক্তন্না, লাকখিবা লম্বী-লাম্না,

লমদম খল্লা চৎলগা চীঙ্গোল অনী কাল্লক্লা
উরক্লে তুরেল অমা ফৈগাক কৈনা চেল্লীবী,
মুঙ্গায়লক্লা রা-রা লাও চীঙলৈবাক অকনবদা
লৈখোম লৈনাং লৈতবা লৈঙোই লম্বু গুইবনা
তক-তক লাইজনা ইরং লংনা চেম্থরি
থাজদনা চেল্লঙ্বী চীঙলক্কী তুরেলসিদা
লমশাং ইন্না চৎপগী চোকথরবা হকচাংবু
তেকখৎহনগে খন্দুনা তোর্ব্বান তম্না চঙশিল্লে,
পালেম-পম্তৌ নুংশিবা অহল মতম গুইবগী
শেংজনিংবা হকচাংবু শেংদোকলুরি তুরেলদা
শম্নাং ঐগী ফাল্লবা কোরৌ কয়ানি চুপ্পা
শমজেং য়াখুন লোন্দ্রবা লরাই কোইরেল অশাবা
লুর-ঈচেল অসিগী ঈশিংসিদা ডৌরবা
ঈংতল্লগে খন্দুনা লাইজ-খুজোক হাপচরে
হন্দক মপোক অসিগী ফংঙমদ্রবা নুংঙাইবা
মহৌশাগী তম্পাক্লা শান্নজবা ঈনীংতম
পাপ চেল্লবা দেহ স্নান তৌজবা ফংজরে
লাইজ-খুজোক খুজোকপু পূর্কীং শেংনা শোল্লগা
কোরৌহনবা অঙানবা মফমদবু কচ্চরে
অনৌবা থৌনা অমুক হাপ্লহুনা হকচাংসে
মোন্না লেং-লেং চৎলবা অশংবা তিংথৌখক্লা
মথৎ-মথং থাংলক্লে তপ্পা-তপ্পা চৎলক্লে
মালেম লৈতেম মান্নবা লম্বী-লমহাং লাল্লগা
চীঙ্গোল অমা খেংনরে মফম অহু য়েৌবদা
মুর-লৈচীল মপৈ'মা পাইরক্লে অতিয়াদা
য়াক্ল-মৈশা লাংলম্বা কোরৌ মাবু খনংরে
লৈচীলবু ফুদোংলহুনা মালিংনা কাইহৌরক্লে

মালং ইতুন ফংবদা পম্বদদে লৈচীলনা
লাইজ ঈবিক খোমজন্না ঈচুম-মচুম হৈখরে
নোংখোং ফুইনা চুবক্লে, জম-জম লাউনা মালেমদা
রা রা লাউবা মখোলনা ঠৌনা কুংনা চুরক্লে
পুম্নীল ওইনা নিলখরে পুক্নীং ছুজুং মাঞ্জুংলে।
উনারক্লা উবক্লা লৈনারক্লা লৈরক্লা
নোংগী নোংলিক অচৌবা হৈখবক্লে রা-রা লাউ'
উনাতনা শেমতুনা খাংপোকনবু খনগ্রবা
উশাতনা শেমতুনা তুমদাং ওইনা য়ানগ্রবা
অচৌবা উপালতনা যুম্বী ওইনা শাগ্রবা
রাং চাউববা উজ.উ পাম্বী মগী মখাদা
থুপচনবে চঙ্তুনা লম্বী মতং যৌতুনা
ঈচ, থাগী নোংজুগী মৈশা কোকপা নোংলিক্লা
রাল পামেল উজাউগী উতোনগী ঠৌনবু
উনাতনা উখেংবু যৌনা-যৌনা রে মগ্রবা
উনা ঈশা থাদনা নাত নোংগী ঈারক্লা
প্রোপ প্রাপ জ-জ, তপ তপ-তপ তারকপদা তত্তুনা
লাইজ ঈচুম ঈরিবগী পুক্তমদ্রন্থনা লুয়া
উনাবক্তগী শাহ শাহ লাউবতুনা অমুমুক
লাইজ ঈরিক কপ্পে ক্রী খীবখবি নীরু-নীরু
অশংবা মালেমথক্তা হিংথোমথক্তা তারি
থোংন নৌবিবী লৈবাং নীশথিজবী থোক্তদোক
শীতেল লৈপাল মচাদি তনৌ-তনৌ কজবী
লৈরাং লৈকা মচাদি তথোং-তথোং নীংথীবী,
মোন্দশীদ মে হ্লবা লৈকা লৈনারক্লদা
অতিয়া মথা নোংজু হৈথবকপদা কম্না
অমুক খাওব চুমলক্ল, হাইন-হুম্না খাওলক্লে।

লৈরাং লৈখোং থুংনবু কেল্লক্রে খুজোক খুজোক
মথল মচু কয়াগী লৈরাংশিংদি ফজবী
ভথোৎনবু ফজবী লৈচু পানপী নৌরিবী
শংলবা মালেমথক্তা তিংগোইলক্তা কেল্লক্রে।
উরী-লৈ কয়া কয়া লৈরাং চরোং পুঙমদা
মালেম লৈমাই শোক্রবু হাইথরক্রে খুদক্তা
নৌর-লৈরীক লৈয়োলশিং লৈরাংগী লৈনাশিংদি
মালং মাগী শক্তম্বু যৌন-খাঙমদবনি,
শীঙেল মিপাই চাউবীনি, পাঙ্গল শোনবী ডাক্তনি,
নোংখোং ফুইবা নোংজুগী কল্ল-কল্ল হৈথবা
লাইজ ঈরীক অচৌবা অসিবুদি লৈরাংনা
করম্মস্থ লায়নবু ভম্মগনি খাঙজবা
মালেম তিংথো মাল্লবা শংবাল্লনা ফজবা
রাংলবা নোংদোলদগী নোংজু ঈরীক ফুবদা
পুঙমদনা মরু লূক্রা খাঙজারি লৈমায়দা
থোইনা হেন্না ফজরী ঐগী মীংনা য়েংবদা
ঐগী থম্মোয় তনিক্রা ঈহৌহল্লী মসিনা
পাক্র-লোইবী চীনায়গী রংলা'-চীঙদেম্বক্তগী
চীঙখোং চীঙয়া তময়ানু য়োননবা কল্লবু
চেম্বরক্লী ঈশিংনা রা-রা লাউনা হৌনবু
চীঙ-মান, তু-খোং থুংনবু, লৌবুক-লমহাং শুদিংদা
হৈকোল-লৈকোল অশূকপা মফম কয়া কয়াদা
মরু-লূক্ত ওকচরি নোল্লুক্রনা খাঙজরি,
ইঙা থাগী নোংজুবু তারম্না ওকচরি।
লাল্লপা হৌরল্লীবা চীঙগী লৈরাং গুলাপ'ম
উরক্রে ঐনা মীংতা শাৎলল্লীবা ফজনা,
রাখল'মা থঙহৌদনা চীক্লা ফাওরক্রে লোল্লা।

ঐনা লুনা তৌজবী লৈরাং গুলাপ কজবী,
পম্মৌ মাগী শঙ্গায়দা লৈকোম্মুংদা শাংহৌবী
কয়াদা কুইরবনো উবা ফংজরকত্রিবা !
লৈরাং মাগী শক্তম্ব নীংশিংলক্লে উরক্লে।
উরুরগা মুংশিবী মাগী য়াখলবু থল্লী,
মায়থোং মাগা মাম্নবী ওইরবোই নীংলুই মহাক।
হংজরি ঐনা লোন্না "নঙবু করম হিংলিগে ?
শীঙেল নখোঙ শোমদরে লৈমন লৈরাং খিক্তোক্লে,
লৈনা লৈখোঙ থন্নবু কেল্লীগনি শোয়দনা,
কনা লৈতেদো নঙগী নত্তারোই ঐ নত্তুনা,
মুংশিবী লৈরাং নঙবু করমতৌনা লেল্লী'গে ?
কোরৌ নোংশিং কুইরক্লে ঙসি'-থান-তাম্নক্লে।
লৈরাং নঙগা কায়নবা নোংজা অচুদগীনা
খুং-শা মশীং থেক্নুনা ঙসি ফাওবা লেল্লীদো,
কোরৌ নোংশীং তাম্বনা নুমিৎ মশীং শুদবৈ
লৈরাং নঙগী শক্তম্বু উগদবা রাংলিদো !
ঙসি অয়ুক অঙনবা খাংপোকশঙগী মমাঙদা
মালেম তিংথৌ মথক্তা ঈংলবা লিক্লালক্তা
খোঙন। 'মুক্তং শোকপদা খুয়া থম্বাল ঐহাক্কী
তইং-তইং কাওরকপা তগৎ--তগৎ তেকখৎলি
লৈরাং নঙবু খুদক্তা নীংশিংলকইদো ঐনা।
ঈভা থাগী থাজনা পানখৎলকপা অসিদা
মূর লৈচীল মপৈনা পাইবা হৌরক্লে কুংনা
নাংথাং লংনা কূপ্লক্লে 'মূবা নোংগী মরক্তা।
লৈরাং নঙবু মুংশিবী হায়ুগবা ঐঙোন্দা
তাইবং কনাই য়ারানা, কনাই মুংশি রাহৈনা
অকি-অখং খাঙহুনা লৈরাং নবুক ফারিবা !

অম্মুগবা মুংশিনা নপাউখোলবু ঐডোন্দা!
শুরু-মন্ন অহিংগী লম্মাংনবা লম্বীদা
নোংথাং-লৈমা মহাক্কী জগোই খুথেক অমনা,
লম্বী অমুক উবগুম লংলবা মঙালহুনা
খঙহৌদনা ঙাল্লকপদা অতিয়া কীশ্বগুম
কির-কিরবা নোংগী খোঙ্জেলবু তারকপদা
লৈরাং অকি-অখংবু কোরুনবা হায়হুনা
নঙক্কবু কোনবীদো নঙক্কবু ঐনা মুংশিনা।
পুম্নমক অদো গুলাপ! নীংশিংলক্লে হৌজিক্তা!
ওসিদা থোকখিকগুম মীৎ-তা শং-শং উরক্লে।
কোরৌ মঙাল লাংলিহৈ তাইবং মপাল শাংলিহৈ
খঙহৌদনা হৌরকপা ঈঙা থাগী লৈচীলনা
কনা হায়রম তাক্লমদনা রা-রা হেক্তা হৈথবা
মতম অহু যৌরক্লে মুংশিবী গুলাপ নঙবু!
কল্ল-কল্ল নোংজুনা তৈথরকপদা জম্-জম্
কনাই শক্তম য়েংলগা থাঙলিগবা নহাক্তা।
লৈরাং শাংপা তৌবদা নৌর-লৈরিক-লৈকাদা
ঈঙা থাগী নোংজুনা মুংশি-খঙদা মতৌবু
উৎলহুনা হৈথবা কয়াদা লৃম্নীগবা!
পুঙমদনা পুরিনি থোং-নৌরবী নঙনা
লৈরাং মীৎলু-নাপোমদা অরাবগী পিরাংনা
চোইন-শীম্নরিনিদো পুরুীং নঙগী মুংশিনা,
পোইরৈ লম তামথিবনা কায়ন-ফীজং খনবনা
লাইবকথীবী নতাদি অরা-অনা থাঙহৈরে।
পুরুীং মুংশিরকপদা চাঁঙগী লৈবাক অকনবা,
নোংদোল খেংনা রাংলবা লেঙবা কৌবা লৈত্রবা
চাঁঙবু তোয়না য়েংলগা নঙবু মুংশিজরুবা

মরমতনা পেৎলবা, নওবু কায়নবত্তনা
মৈচাক পুবা ৱাৱবা তাশোল পাল্প-থম্মোয়সে,
অৱা-পোৎলুম পুঙমই, খাঙহৈরকই অৱাবা।
চীঙদূম চীঙগী চীঙলৈবাক কনবদগী কল্লবা
য়েংল-য়েংল থম্মোয়দু থেমজিল্লীদো ইথত্তা।
ত্তাইবং মীগী হৌনবা পুকচেল পীক্ল মতমদা
পাক-চাউরবা নোংমদোল লোইবী চীঙশাং পরেংবু,
চীঙগী পামেল উজ্জাউবু য়েংল-য়েংল পুকচেলসে
চেৎননবা চাউনবা হৌৎনহৈদো ঐহাক্না।
পুক্নীংসে ৱারকইদো কাপগুম্বা মতমদা
লৈনাকনথংখরবী লৈরাংগী মতৌগুম।
মুমিৎ-সনা-য়োইমকোং অমন অঙাংনবা পায়বীবা,
থুবাং চাংজৌ তবানা নতা ঐনা থুকনজৈ।
লৈকায়-ঈশূং-মান্নবী মুংশিরবী কয়াম্নু
মীৎ-তা শাং-শাং উরকই, মতমতুদা খাঙজমদনা
পিরাং ঈহৌরকইদো মীংল্লাসিদা তত্তনা।
শীঙেল লৈরাং ফজবী তনৌ হনৌ অক্তেনবী
ঈতারোইনি নিংতূনা মখোয় মায়থোং য়েংজৈদো।
লৈরাং মখোয় মতৌবু উরুবগা ঐহাক্না
তাইবং মীওই মপোকপু মাল্লকইদো পুক্নীংদা
মুংশিবী ঈতাই শক্তম ওইরবোই থল্লুইদো।
মোমোন মোমোন চীৱাম্না য়েংন য়েংন নোক্লুবা
ইকাই-ইকাই ঈমায়সে লুক্তরুনা খাঙজৈদো।
কৰিগুপ্পদা ঐনা খোঞ্জেল থোক্না কৌকইদো
"হো ঈতারোই মুংশিবী ফমলো লাউনে ঈনাক্তা"
থোকখিবা খোঞ্জেলতুগী খোস্থাংতুনা লোইরফাও
পাউখুম'মা ফংদ্রবদা খোঞ্জেল'মা তাদ্রবদা

শীঙেল পাম্বীনি হায়না খঙলকপদা ইথন্তা
ইকাই মাইথোং পুন্থনা লৈদা লুক্লা থাঙজেদো।
ফজবী লৈরাং গুলাপ! নহাকমুনে মুংশিবী
লমদম তাম্না লৈবনা নতাঙ রাবা খঙলিরোই।
নঙগী ঐগী মাঙসিদা ঙসি খল্লী পল-ওইনা
নোংমদোল-খেৎল চীংদোন পাক্ল-লমদম তম্পাক্লা।
গুলাপ নঙবু ফজবী নঙদি ঐগী লৈকোলগী
অমত্তা ভাষবী লৈনি, মপা-লৈত ফজবীনি।
ফরে পুম্নমক অসে মহৌশানি, নোংদমনি,
ঈশ্বরগী কায়ফদ্রবা, মাঙহৈদ্রবা খুংশেমনি।
রারুরনু নহাকসু লৈগী জাৎতা পোক্লবী।
নতা ঐনা ননাক্তা লাকদবা নোংশিংবু
মশীং থীনা ঙাইরম্মু, লৈরাং নশক লু-হেন্না
নত্তা ঐবু ওকলম্মু, য়াইফ-পাওবু তাহল্লু।
লঙজরুবা নতানা লানবনি রাজবনি,
ঐবু নক্করুবনা রাজরবনি নঙসু।
ফরে লৈরাং রারুনু পুক্নীং নঙগী থেমজিল্লো,
কাউথোক্লো মুংডাইতবা অরা-অনা পুম্নমক।
মুংডাই-রাখল খন্দুনা মতুগী রাগ-চুন্না
মুংঙাই-মঙলান মঙথুনা মাঙগী রাবু নিংশিনা
অনৌবা অয়ুক্কী অনৌবা আশা-মদা
পুক্লাং রাখল থমথুনা তনৌ-তরু-তহেন্না
মোমোন মীনোক নোক্লুনা লৈরম্মুকো মুংশিবী"।
অসুম তৌনা ঐহাক্লা কঙাওননা ইথন্তা
ঙাঙজে-শকচৈ কয়ারক অঙাওবীগী মতৌগুম।
ঈঙাগী নোংও হাংলো কাইহৌবীরমু ঐবু
মুংশি-খঙবা নপুকচেল উৎপীরোনে ঐঙোন্দা।

চামথোক্লে মালেম-সে তশেং-তশেংনা লংলে,
নঙগী থৌজাল লাইজবু ফংজবদা পেন্দুনা
ঈচেল তপ্প চেল্লবী তুরেলনি মন্দনদী।
লাইজ-ঈমায়বু পানা চাংজৌ মান্নবা চোন-না
ঈরৈ ঈপোম হৌরক্লে ঈথক্না তোর্ব্বান য়ৈনা।
থন্নায়-মমি-ঈশিংবু ফংজবদা মুংঙাইবী
লেন্নৈ-ঙাদি-অপিথক ঈশিং মচা চোংলে-কো।
চীঙগী উরৈ-রারৈনা তগং-তগং তেকথংলে
লৌবুক লমহাং অশংবা মালেম পৃথ্বী-মান্নবা
উম্না মশা তেকথংলে, মাহেন্নৌনরে মহৌশা।
ওলাং মৈশা লাংতুনা রারম্নবা পৃক্রীংসে
নৌনা পাঙ্গল হাপ্পীরে রাখলগী লংজিল ফংলে।
পন্থোগী লৈকোন্দুনা শাংহৌরিবী লৈরাংশিং
নহাকী থৌজালবু ফংলবদা হরাওনা
অরা-অনা শোয়দনা কোক্লয়্নগনি মখোয়।
হে নোং-ও খোংলগনু! অমুক নৌহৌনরম্ন,
কুংনা-শৃক্না-মুরব। মপৈ নপৈ উত্তনা
অহাংবা অতিয়াদে অনুক মনহল্লবনু,
অন্নাবগী মথক্তা ঈনোং হাপ্পীরগনু:
নঙগী নপাউ তাবদা নঙগী নশক উবদা
পৃক্রীং অসে মিপাইজৈ, থোইনা হেন্না নাংজৈ,
মঙন মঙন রাখলবু খন্না খন্না রাজৈদো।
"হে ঈঙা থাগী নোং-ও! নঙনা পীবা মহৈনা
মহৌশামাগী লৈতেং শুক্লগনি নীংথৌনা;
তাইবং ঐখোয়গী চিঞ্জাক্ কোম্নরগনি হেন্না,
তাইবং মালেম পৃথ্বীসে চেকথায়বগুম মীংলবা
নঙগী ঙংন-খেক্লবা খোঞ্জেল তাহনবীরনু।

পাঙ্গল শোনবী মুপীজা ওইরুবনা ঐহাক্না
মুংশাথীবী ঈহৌশা কয়াই মতীক কিজবা।
চীওগী লমদম্ অসিদা লাপ্লবা মকম অসিদা
কয়া কিজরিগবা, খন্দবয়া নহাক্তি ?
নপাঙ্গল নউ চৌবা থম্মোয় কনবৈ হৌনবা,
খওবীরুদবনিদো পাঙ্গল শোনবীগী 'য়াবা।
নোংথাং-লৈমা মহাক্না অহানবগী খুথেক্তা
পায়ম-পুন্নীং ম্নোনবু মিপাইজবীনি ঐদি।
চান্নবী লৈয়াং ঐগী পাম্বী কয়াগী নাক্তা
ফজবা শক্তম য়েংনা লেপ্লিদো ঐনা তুমিন্,
পলেম মুংশিবী মাগী শেগানুংদা লৈহুনা
অকি-অখং কোকচৈদো 'য়াব খয়া শাফেদো
পোম্বী চেক্লা কয়াগী মুংশি মুংশিবা খোঞ্জেল
তার-তারগা ঐহাক্না কিব'বু নক্ষংলিদো।"
উহনবীশ্বি তত্তনা হে ঈশ্বর নওনা ঐবু !
'য়াবা কয়া নুংঙাইবা, 'কিবা কয়া ফজবা,
মুংশিরবা শক্তম্ব মথং মথং ওন্নুনা—
ঙাইহাক্তংগী মওলান্নী খঞ্জরুইদো অমুকস্থ ;
অরাববু পুঙমদা খাওঙমদনা অমুকস্থ।
লাম্মোক্নী মথং মথং খুদোংথীবা কয়াবু
অত্থবু থেংনরিবা অরাবা খুদিংসিবু
তশেংনমক অরাবা হায়বহুরা পুন্সিগী ?
রাদ-রারক্লবদা তাব ফংইদো ঐনা,
খ্বাইদগী ঈহেন হেন্না মুংশিরবা স্থর'মথক।
থোরক্লিবা স্থরদো তাজরগা ঐহাক্না,
রাজরবী ঐহাক্নী থম্মোয়সিদা লেপ্পমক

অপেনবা হায়বত্নমক ফংজখিদো ঐহাক্না
মত্তবু 'অন্নাবনি' করম্নব হায়সিগে ?
ঋারবতদা ঐনা পেঙ্গরিবা থম্মোয়দা,
পিরাংনা ঈহৌরগা মুংঙাইজরিবা ঐনা
'সিবু করি করম্বা থম্মোয়ম্ন'গী য়াঋানো ?
ঐগীদি অরাবনা হেন্ননা মরাকচুমই,
অরাবনা হেন্ননা শক্তম্নাইরকই ঐদি,
থোইনা-হেন্না কাউওমদে ঐহাক্কী পুন্সিসিদা—!
অরাবসি ঐহাক্তি অচুম্বনি থাজরি।
অমুক্তবু খল্লুনে অচুম্বগী মতৌমে —
মহৌশাগী লৈকোন্দ লৈরাং পাম্বী কয়ানা
হৌরকই, চাউরকইদো, শাংলকই পাল্লকইদো.
নোংজু মুংশা কয়াম্ন নংলকইদো ঋারকই,
অন্না-অনা কয়াবু ঋানা ঋানা খাঙলকই।
অশেংবমক্তি মদো তাঙ্গঙন মাইঙম্নবনি,
নোংজু মুংশা খাঙক্কবা নত্তে কৈদৌনুংদম্ন,
অরাবনু নংবম্ন নত্তে মতম পুম্বদা,
লৈরাং মাগী পৈহীবু য়োকখৎপনি ভশোংনা,
শীঙেল মাগী লৈনম্ন চাউহম্বনি লেপ্পমক্,
হেন্না মপুঙ ফানবা তন্নিবনি নোংদমখোল।
নোংজু মুংশা নংদবী মালং ঈচীক থেমদবী,
মপাল ঈরাং ফংদবী শূক্ক মম্ন' উখাগী
উরুম লৈরাং পাম্বীশিং মপাল মউ ফজদে
লৈশক লৈচু ঋাংলিদো লৈহী লৈনম চেন্দেদো,
খল্লকইদো অম্নম্না উরুরগা শক্তমশিং।

## ঈভা থাগী থাজদি

ভবংনা পানথংলক্রে

গ্রগী পুক্লাং তুনবা

অয়ুক কুপিল মতমদা ইম্বঙ্গা কোবৌতনবা
কম্লদা কেজ শাকুনু পুনশ্না যেংতেদনা
কুমিদংদা মংমদা নোংচুপ চীঙ্যো পাংথরে,
ভুগুন নংদুং নৈলহাংগী চিংতা নাপোম মকতমদা।
লোইনা চংগা মপুং চংলমদই ঙাংলমদাইদা
কোংবী মচী শিংগী ভুংদানবা মশেক্রা
নাংনোক নহুইদ পানবন মমাথাং মাগী অপানবা
হুইনপা অমাং তেংনা মীশীজনা যেংলকপা,
মহৈশা কৈবী মাগী মাযথোংব উজকবা
কুংশাংপালুবা পুকী কুংশিবকই খুদক্তা
লোইবী চাঙোম অনাবা লোইবোংইননা পাক্রবা
উইদ ঙম নাংদুনা কুন কুন কুপ্লবা
মদুগী মুন মখাদা লোইবোক্রি লোইবোই অতুম্বক
থাক-থাক নাইনা হবংখ্রবা, খুৎশেম চঙনা শেমখ্রবা
মরক্তুদা লৌবানা পাবে পাবে লেংখ্রবা,
কৌবাং শবা কনানা চিঙোঙ মথক অতুদা
পাংমু যান্না শেমখ্রবা অবা কোংজাই নানবু,

অমত্তবু তত্রনা শম্নবি মথাং মথ
অতুদগী ভস্পাক্তা, মথাদা ভনযাদা

মফম খুদিং শিংতুনা পান্দাক্রীবা তাম্নবু
যৈরেং মচাপ নাক্লনা মশেক মাগী লংলবা,
সনা ফাঁগে গাতনবা, জাইবং শমু থো দ্রিবা,

তিংথোক্লুনা তপ্পবু তাংথক নাইনা থুপ্পম্বা,
চীঙমায় শীপ্প-থুংনবু মাপ্পনা কুপশিনবগুম,
ফজরবা শক্তম'মা, শুদ্ধৎলবা মতৌ'মা,
উচল্লে ফোঙওমদনা, ঐগী মীৎপু থকহল্লে
য়ৈক-য়ৈকবা খুদিং তাক-তাকবা মফম
কোরৌ মাগী মশেক্লা সনাগী চীঙদুমগুল্লে
মহৌশা কৌবী মাগী ফজরবী লৈকোলসে
ঙসি নুমিদাংবাইগী য়াচঙবা মতমসিদা
শীংথানিংঙাই লৈতনা ফজরেদো য়েংবদা
য়েংলু-য়েংলুবা মায়কৈ লাইরেম্বী মাগী শক্তম
তরাম তরাম কৌবগুম পূক্নীংসিদা নীংলক্লে
অস্থুম্না ঙাহাক পুঙোই ঙাল্লম্লগা মুমিংনা
চঙখয়ে তপ্প-তপ্প তাখরে চীঙমকুমদা
কোরৌ মাগী মঙাল্লা নুংথিল ঙাল্লিহৈতদা
উরম-উরম্বা খুদিং তশেংনা উবক্লরে
পানখৎলকপা ঈঙাগী মপূংফাবা থাজনা
তরামঙানি শুবা মাযথোংবু পুরক্লনা
নোংপোক মায়কৈ চীঙজাওগী চীংদোলমতোন্দুদগী
তপ্প-তপ্প ঈংনবু হাইগৎলক্লে ফজনা
মহৌশাগী শক্তম্ব য়েংজরগা পেঙবী
তনৌবী পূক্নীংসিদা নুংঙাইবগী ইহুল'মা
ফংজখিবদুদগী, শুদ্ধৎলবা শক্তম্ব
তত্তনা ঙাইজরকই, য়েংজৈ নুমিৎ খুদিংগী,
খৌরাংসিবা তত্তনা ঙসিকাওবম্ব 'হুবু
য়েংজনবগী তাঙ্গা, ফংজনবা হাযক্লনা
অপিকপা খাংপোকশংগী মখাদগী ঐহাক্লা

ইথণ্ডা চীন্না নাইতোম থোরক্নুনা মপান্দা
লোয়নজরে মহৌশা লুংশিজবী ঙসিদি
ফজবসি উরগা লুংঙাইতরে পূক্লীংসে
অরাৎপ'মা লৈবগুম ইহাং হাংলে ঐঙোন্দা,
তম্নীংবা পূক্লীংগী—রা, তমজনীংবা অমদা,
ঙাইজরিয়ে খৌরাংনা মান্নবা-ঐ-আত্মা'মা,
খেন্নবদি লৈত্রবা, ঐহাক্কী থম্মোযসিনা।
তাইবং থম্মোয় থঙবীবা অন্তর্যামী ঈশ্বরনা
খৌজালবীগে খন্দুনা, নীংজরুবী ঐহাকপু,
থাবীরক্লে চীঙসুংগী পোম্বী'মা ইপিজা-ওই।
থাবল-ফর'-অহিংগী শুক্লাৎলবা শক্রুস্থ
খোঞ্জেল-খোক্লা পোম্বীনা নাপ্প-চীরু তম্নরে।
পামজরুই তিন্নজবা ঐগী থম্মোয়না তোয়না
মহৌশাদ্গী তৌনা অসিগুম্বা থরায়সিগা।
উনাপূংব উশাগী উফৈথক্তা তোংহুনা
পূন্না পোম্বী মহাক্কা তাইবং ঐগী থন্নায়গা
তোংমিন্নবগুম্নক্লে ঙসিগী অহিংসিদা।
থাজ-মাগী মঙালবু ফংজবদা ঙসিদি
ঈংবা-পান্নবা পুন্সি পলেম-পম্নৌ ঐহাক্কী
থাবল মচু শঙলবা চরূগী থাংপোকথাদা
অমুক নীংঙাইবা-লৈত' খোমলেন তুমখুন তানখরে।
নুংঙাই মঙলান কযাবু মঙলহুনা মখোয়দি
অহিংগী লাইরেম্বীগা হরাও-তয়াম লোযননা
থুৎশম্নঅরিগনি থাজ থাবল মঙালদা।
থাজ মাগী মায়থোংবু য়েংজনীংবী লৈরাং'মা
ঈয়ায়গী থরো কৌবী, লৈরাং মাদি ফজবী

হুংশি খোয়রকম মোমোম্না মায়থোং নোংদোল ওন্দুনা
থাবল পুবী থাজবু চিংনা-য়েংনা কৌরক্লে।
উজনীংঙী শক্তম্ব উজবা কংলহুনা
পম্মোয় পেন্না য়েংজত্রে ঈয়াযথক্কা থরোসে।
ঐগী থরায়গা পুন্না কায়দোংলিবী পোম্বীনা
চান্নান মাগী হুংশিবী, পীশক পীক্পা অপীখক,
মীৎ স্না মাগী ঈংলবী, মখোলথোক্ত-মরোল্লোল
হুংশি হুংশি য়েলকই য়োংচ্ছমদবা ফোংদোক্লা
অমুবস্ত ওন্না মাগী হুংশিবী খোংথেলনা—
"থাবল্লে কৌব" লৈবা, অহি দত্তা শাৎচবী,
নোংদোল থাজবু ওাহংহুনা লৈজবী,
মথম্মোয় মানী পেন্না লৈরা মতীং শোক্লবু
হুংশিবা-মাগী লৈনম য়েল্লাক্লে মালংবনা
মীৎ স্না উইবিবা খোইমু, পোথারিব, কনাগী,
থুগাইকবি লৈনম্না হাইন্দুনা খ্যাজেংবা,
পোমশাৎনবী লৈরাংশি মাইকৈ মবি কোযনা-যেং
লৈমনশীওদা চনথ্রবী লৈবা শিবু নাংশিনা
চিন্না তৌবি থাবল্দা, লৈখোক্লা ওরহুনা
পোমদ পাম্লীনা লৈবং লৈখোক্লযাম য়োম্লীবী
কংযোনহুংদা শাৎচবি শাৎচনী বী মহোশা
লৈমনচম্লবী লৈবা খোঙ্গুলদবু তারবী
মালেম উফল তৈববী, পুন্সি পংথৈ নাইববী,
থক্ক-থোক্লাবী থাজ খাওওমদনা য়েংজবি।
ভোম্লনী।। মপোক্লী ঐগী তেংথজরি।
লাইজ ইপাম্লাংবসু লাইবকখীবনা ফংজ্রবী,
অরা-মুংওাই পুম্ববু হুংদ-ওম্ম খাওলিবা,

অহিংতগী পুন্সিনা মাগী পোলোই ওইজবী,
হুংবংনন্না লেপ্পীয়ে লৈকং থরো কৌবীনা”।
পোম্বী মাদি হুংশিবী, খোঞ্জেল মাগী-তানিংবী,
অমুকস্তু তম্নক্রী ঐঙোন্দবু য়েংহুনা—
“ফজরেকো তাইবংপাল অহিংসিদা ঙসিগী,
লুপা মচু ঙাক্তগী তাইবং ওইরে ঙাসদি।”
মহৌশাগী ফজবা শক্তমসে গুম্নাংলবা
উজবা ফংজরিবী মতিক চাদবী ঐনা,
পুন্নমক্সে মহাক্না শেম্বীবনিকো ঐস্তু!
জগৎ পুম্বৈ মবুংঙো ঈশ্বর মহাক্তগী
উরি-উরিবা পুম্বা তাইবং পুন্সি অসিদা
মহাক্নী মথন্তগী লীলানি লীলামক্নী!
অচুম্বনি অচুম্বা মহাক্তগী লীলানিঃ
অতুননি ঐহাক্নী মীৎ-তা পিরাং তারিসে!
রাখল অসি খন্নবু থাবল মঙাল য়েংনবু
করম্না অহিং অদো লেনখিবা খঙহৌদেদো!
নোংঙাল্লবদা ঐনা পলেম পম্বৌ তুংইন্না
থাংপোক্তগী তাম্নপা চংলে চীংয়া নাপোমদা।
পলেম-পম্বৌ হুংশিঁবা লৌবুক লৌরাং শুরিডৈ
চীঙখোং চেনবা তুরেলগী তোর্ব্বান তমনা চংলক্লে
ঙাহাক অমুক ফমহুনা ঙাহাক অমুক কোয়হুনা
তুরেল মতৌ য়েংলুরে য়েকশিল্লুরে পুক্নীংদা।
খোলদি থোক্ত-পুক্নংদা লোম্না পাউবু তম্নক্লে—
“মাঙদা চেল্লি তুরেলসে য়েংবদা হুংঙল্লিদা!
পুক্নীংসে হুংশিরকই চীঙগী লমসিদা তমগুম!
ঈচেলনা য়াঙ্গংলবস্তু তোরৈ পীক্না চেল্লস্তু

ঋতু খোঙলোই তুংইন্না লাইজ ঈপাম্বা লাক্লে,
মপাঙ্গল-মথৌনাস্থু হাপ্লখিনি নোংজুনা,
লেপ্তুনা চেম্বত্থুনা য়ৌবা ওমখিনি পম্থুং।
হে ঈশ্বর নোংদম্বা, ঐহাকপু শেম্বীরিবা !!
তুরেল ঈচেল মতৌগুম পম্থুংত্থুদা পুন্সিগী
য়োহনবীযু ননাইবু থুংহনবীযু ঐহাকপু।
থম্মোয় পানবা তাইবংনা পুন্সি খোঙচৎ লম্বেলদা
খুদোংথীবা নংবগুম, মহৌশাগী তম্পাক্তা
থেক্না খোয়না চেল্লিবী তোরৈ ইনবী তুরেলসে,
লাইজ ঈরম খুদিংদা কৌশিং কৌনাং কয়াবু
থেংনরুইদো পল ওইনা খুদোংথীবা নংইদো।
তোর্ব্বান নকপা লৌবুক্তা লৌরাং শূবা কনাগী
লৌরি লৌ-খোং তৌবগী মখোঙ-খোঙকম কয়াদা
লাইজ ঈচেল নৈরেদো তুরেল মায়থোং মক্লেদো,
ফংলরেদো অরাবা মাগী পুন্সি অসিদা।
"মফম অসি তুরেল-ও তাও নহাক্কীদমক্তৌ !
লাইবক থীবা মতানি, নঙগী পুন্সি ঈচেলদা !
নঙগী লূরবা লাইজ ঈশিং ঈমায়থক্তুদা
তোর্ব্বান নকপা পামেলগী জুম-জুম লাউরু' মমিবু
লাইজ থক্তা তাত্থুনা পৃক্লীং হুগদবা,
অরেম্বদা তোক্লেদো, ফজবা নঙগী শীংলে।
নোংমা থাবল ফরবা অতিংমদা ইঙাগী
মকোয় মাল্লরক্লবী, ফজরবী থাজগী
চাম্মথোকপা মমিনা নঙগী ঈথক ঈপোমদা
জগোই শাবৈ শক্তম্বু ফংলরোইদো উজবা !
লাইবকথীবা নঙগীদি মতু থোকউ তম্লমদ্রে।

নোংজু থাগী হৌনবা মিকুপ কাংবা লৈতনা
থক্ত-পাইবা লৈচীলগী লুম-লুম লাউর-মমিবু
তাদরেদো নথক্লা, কাংওনা হয়াওজবা।
অহুবু ঈচেল নাইনা থেংনরক্রী মুংঙাইবা
মতমগী তোরৈলক্লা, পুন্সি হিদেন কয়াদা।
ফজরবী লৈকোলগী লমদম মপা ইম্মবু
চেন্থরেদো নহাক্লা লেপ্তুনা চেল্লক্নুনা।
ফজবদা হেল্লবী লৈরাং লৈশিং শুনবু
অমত্তা চীথদনা লৈকোলত্তুদা হৌরবা,
লৈরাং লৈনম য়াত্রবী, লৈশক য়েংই তাদ্রবী
খোয়থুম্লবা লৈহিবু থম্না পুরবী লৈশিং
থোংত-থোংপী লৈরাংশিং, শীঙেল তবা তবাবী,
লৈত্তেংবীরি লৈকোলবু লৈরাং মকে শেমহ্নুনা।
চীঙন্নুং ঙানবা লৈকোলনি মহৌশাগী মায়থোংনি।
লমদম অসি য়ৌবদা ঈচেল মোংলম্বী নঙগী
তরু-তরু লাইজনা চোন্না পান চেন্দুনা
পন্থং ঈপাক য়ৌনবা ঙান--থেংন চেন্থরি।
লৈকোল লৈরাং লৈনম্না, শীঙেল লৈরাং লৈচুনা
হারবা-শঙলবনি, গঙ্গা যমুনা গুম্না ;
লৈরাং লৈহী ঈস্বীক্লা খিক্লে মুরোধোনীগুম ;
খোয়থুম্লবা লাইজবু পুন-চেনবী ওইরক্লে।
অচোইবা লৈনা কয়া তাউথরক্লে ঈচেল্না,
লৈখল লৈচু তিল্লবী লৈরাং খুজোক তাউরক্লে,
তশেং তশেং লূরবা তীর্থস্থানবু মাল্লক্লে।
ঈচেল নাইদবা লাইজ ঈফম ঈপাক মাল্লক্লে
পুষ্প চেনবা হায়বহ 'সি ওইরবোই খল্লক্লে।

পুন্সি পন্থুং য়ৌদ্রিঙ্কাও পল্পনা চেন্থরক্লী,
চীঙ্গোল অমা য়োৎবদা থেংনরব্রি মফম'মা,
উজাউ অৎৈ মখাদা উরুম লাংবা মফমদা,
লমশাং ইন্না চেনবগী, চোকথত্নুনা পোত্থারি,
অঙৈংবা ফংজত্নুনা মালং ঈটীক থেমজরি।
পোক্লক্লে পুক্লীংদা ঈশ্বর মাগী ভক্তি!
পূম্নমক হে ঈশ্বর নহাক্কী খুংশেম ঙাক্নী!
পূম্নমক পেন্নফম্নী ঐহাক্কী ঈফমদদি:
খঙলুদবনা ঐনা অরানবনু তৌজরুই,
অচুম্ববু খঙদন্না, অরানবনু খঙদনা,
তিংথোক্লবা ঈখুংনি, লঙজরুবনি ঐনা।
হে তাইবংগী মপু-ও! নখা পোনবনি ঐদি,
নঙগী খুংশেম্নতদনু ঙাওজবীনি ঐহাক্তি,
নঙগী থৌজাল মখাদা চাউজবীনি ঐহাক্তি।
খুদোংথীর মতমদা, ৱারবা মতমতদা,
মীওইবনা নীংশিংই, কৌজবকই নহাকপু।
মসি অতোনবগীদি হৌনশানি হৌনশা
হঞ্জন্ হঞ্জন্ হাৎনরি পূম্নমক্কা শুন্দ্রংদা।
হরাও নুংঙাইরিৱৈদা হে ঈশ্বর করুণা—
নঙবু থম্মোয়দা চেংনা কোন্সিঙ্গবা ঙম্নদি,
নঙগী ভক্তি লেঙদনা ঙমজগনি থমজন্না!
ৱারবা মতমত্নুদা কাউজদবা নিজরি,
মসি মীওইবগীদি, লম্না চুম্নে খগ্ননি।
অমাও-অতা কৈত্রবা "সচ্চিদানন্দ" নঙনি।

ঈশ্বেন থানা চৎপ্রগা
মনাও ওইবী থরান থা
খোঙকৈ থুনা তাম্লক্লে।

শক্তিভু কৌবা থাগী থাজিন্দগী হৌদুনা
মহৈশাগী শক্তিশ্ব য়েংনা য়েংনা লৈবনা,
তাইবং চিঙ্গাক লৌরাংবু - পলেম পম্ভৌ শূদুনা
অসুম অসুম লেম্বনা, ঙসিদি ঐখোয় পূন্না
ঈঙেন কৌবা থাজবু তুংওই-নরমদুনা
থরান থাজগী থাজিন তক্কী পানখৎলক্লে।
ঙাইহাক চুবা থরানগী নোংজু মমি তম্লক্লে,
তৌরক্লে মতৌ মাগী, তৌরকফম খঙহৌদবা!
নোংজু পাউজেল তমদুনা রা-রা হেক্তা হৈথবা,
নোংলৈ মাগী নোংজুগী মতৌ মাদি তমথীবা,
কুমজা কুমশিং চুম্নবু হাংলোইদব-গুম্নক্লে।
তাইবং ঐখোই' পূরীংবু লাংতক-নীংহল্লক্লে।
কোরৌ মৈশা মঙালবু তান্থোকখিদুনা নোংনা
অশংবা অতিয়াবু কুপশিল্লক্লে থুনমক
চুথরক্লে রা-রা-রা— হৈথরকলে কল্লবু।
স্নুংথিলগীদি য়াকলবা কোরৌ মৈশা অদুনা
পাঙ্গল শোনবা ঙাক্তবু ওইরুবনা হেন্দোক্লা,
পৎথ- থুইথরদুনা খাঙমদনা লৈরম্বী
উম্মা-রানা লৈনাশিং, উরী-রারী চরোংশিং,
নোংগী ঈরিক ফুদুনা মগাঙ্গল কনখৎলক্লে;
ইরং-লংনা তেকখৎলে মদোম লেপ্পা ঙমজরে।
মৈচাক মৈশা ফংদুনা হাইনা হুম্না খাঙলম্বী
নোংজু মানা আশা- ওই মপূরীং মকা লাম্লে।
মশাদা-অহানবদা, উফুল লৈরিক পক্তুনা
লৈরাং চমোৎ- চমোৎনা, পাম্বী ইমক- মক্তুনা
কুচুথোক্লমল্লবীশিং, চামথোক্লেদো নীংথীনা;

ফজনা উরে লুনা, কুচু-লৈচু পাল্লক্লে।
লৈরাং লৈচু পাল্লহল্লে, পংথবা তেকথংহল্লে,
মালেম ইখৌলাংলম্বা কোকহনগ্রে পেলহনগ্রেদো।
ঙসিদি-খাংপোকশংসে নোংজু খোঞ্জেল্লা নিল্লে।
নাপীশীংবী খিবিকস্থ, উনা- ল্লানা পুম্বস্থ,
তান থারি মপা চানা, ইথক হৌরি মালংদা;
মরোলোল্লি মহৌশা হর'ও মুংঙাই -ফোংদোক্লী।
চেস্থরক্লী- ঈশিংনা চীঙখোঙ তম্ন জ্- জ্- জ্,
চীঙখোঙ মখোঙ য়োবদা খঙহৌদনা হাংহুনা
মুংশা মঙাল ঙাল্লক্লে, হাংগ্রে নোংজু অকনবা।
চীঙয়া তমরা অপুম্বা সনা অহিংবগুম্লে
নোংজুনা চামখোক্লবী মহৌশাগী শত্তমদি
শীংথানীংঙাই লৈতনা ফজরক্লে য়েংবদা।
লৈয়োল কংগে হায়হুনা খৌরাংলুবী খরনা,
অমুক নৌনা তেকখংলে, মপাল-মউ খীংজরে।
উনা- ল্লানা লৈনাদা তারি অতিয়াই, মমি
মুমিদাংরাই অসিদা লৈশক লৈচু পাল্লবী
লৈরাং মখৈ চীঙগোলগী খোইনা হেল্লা যজরি
ইরং-ইরং লংহুনা লেংলেং চংনা নৌথরি।
নোংজু অহুগী তুংদা, খোংবান চেনবা মালংনা
হরাও মথোই কাহুনা, উনারক্লা চঙহনা,
লোল্লা তাঙ্গা ঙাইজরি, নীংলি মবুক মম্নুংদা.
ফৌনা-রক্লা চংলগে অমুক্তংদি হমলুগে।
হায়না হায়না মালংনা ফৌনা লক্লা চঙখরে।
খুকউ হেল্লা রাংলবী লেঙ- লেঙ চংনা ফজবী
ফৌনা জগোয় শাহল্লে মালং পুক্লীং মুংঙাইরে।

ঈখৌদাংবা কোকথ্রবী নোংজু মাগী ঈবিক্লা,
নোঙৌবী কৌবী পোম্বী পাইরক্লে নোংমদোলদা
ফোংলক্লে লোম্বোকতবী, মথম্মোয় মাগী পেন্না।
মায়কৈ মরী য়েংহুনা পোম্বী থুরুমজরক্লে;
ভাইবং মপু ঈশ্বরদা, ভক্তি কংচথ্রে হন্না
কৈরাথক্তা তোংহুনা কুঁ কুঁ হায়না খোংলক্লে,
পোম্বী তুকাং তিথোক্লা কোরৌ মঙাল ফংজরে।
অরাম খৌরাংবা পুম্বা হায়ঙমদগী চীন্নবু,
লোম্বোক্তবী ওইবনা, থমুংদতা রাজবী;
থম্মোইগী অপেনববু ফোঙহুনা তমঙমদবী,
চেক্লা জাত্তা পোক্লবী লোম্বোকতবী মহাক্কি
য়েংনা- য়েংনা মতমসে অসুম অসুম হৌখরে,
ফজবা শক্তম্বুসু, উহনরা লোইরমাগ্রে,
ঙসিগীদমক্তদি, মহৌশা ফিরুক থুমখ্রে।
মুমিদাংবাই ওইরক্লে, পুমচীক পুমচীক চীক্লক্লে,
মুংঙাই মালং ঈচীকথেম হরাওনবু লৈরম্বা
মাশোন পীক্লা তুমিন্না, মরোল-মরোল লোনশিল্লে;
লৈকা লৈনা মান্ননা তপ্পা তপ্পা উমশিনখ্রে।
অহীংগী লাইরেম্বীবু থুরুমজরক্লে চীক্লা!
থোইনা হেন্না ফজবি মথং য়েংবদা,
অহিং ভানবী কযাসু লৈরিয়ে মীৎ-না শিংনা
অহিংদতা শাংচবী, লৈশক লৈচু পাঙবী,
অহিংদতা মুংশিনা মোমোন মোমোন নোকচরি,
থরান থাজ য়েংহুনা পোয়স্বদগী লৈরাং;
ফুগাইনা শান্তোরক্লে; ফজবী শক উংলক্লে।
চীঙোল অমদা পুন্না ওডলবী লৈরাংশিংনি;

চীঙগী লমনি মফমসে, চীঙদা শাংগী ঐথোয়নি
নীংশিংঙবা লৈতনা, খম্বরুবা তৌদনা,
মথম্মোয় পেম্মা পেম্মা লুংঙাইবা ফোংদোকচরি।
মনাক নক্না হৌরিবী লৈরাং কয়া কয়াবু,
লোম্না লোম্না য়েংলক্লে, মতৌ য়েং রারিনরে।
ঈচীক হুন্না লুংঙাইনা তুমলিবী অহিংনি খন'
ইস্নুং ঙাল্লকপতবু লাইনিং পরৈ চেংলিবী,
শীঙেল লৈরাং অমনা চানবী মতারোইনা
ইস্নুং মেলৈ শাংববু উরুরগা শকহেনবী,
লৈরাং মশেল হংনবে তুমিন তুমিন্না লোম্না।
অহীং লুংথিল নাইদনা তাইওন্ মাইওন্নরিবী,
ইস্নুং মস্নুং পুন্সিবু মমল-কাওথংহল্লিবী,
লৈরাং চারা তোঙানবী, পুন্সি লুমিং তাত্রিড়ৈ
নোংদম্বগী নোংদম্না মচৈ মচৈ ইস্নুংদা
মহৌশাবু লৈতেংলে অয়ুক লুংথিল মতৌগুম।
সংসার'মগী মস্নুংদা সংসার অমা লৈতুনা
রাখল'মগী মস্নুংদা রাখল অমা খন্দুনা
খুংশেম'মগী মস্নুংদা খুংশেম অমা শেমতুনা
মশীংবু থাঙমদ্রনা শক্লোন কয়া কয়াবু
লৈশেম মপুনা শেয়্মী মখুং লিশিং ফাংহুন।
অঙকপগী তাইবংগী লোইনাইদ্রবা কুম্মৈসে
মতীক মঙাল চাউরবা বিশ্বেশ্বর মহাক্কী,
অথোইবী খুংশেম্মীকো। হে মহৌশা নহাকসে!
নঙগী নগুণবু ঐদি করিস্থ খঙজদেকো।
থোক্লকলিবা রাখন্দা করি খঙদ্রবী ঐগী,
অমুক্তা উজদ্রিবা কুম্মৈশিংবু য়েংলগা,

পাউদমজবনি ঐনা হৈজদ-খণ্ডজদনা।
ওমজরোই ঐদি নওগী নগুণবু শৈথাজবা।
শক্রোন য়াম্বী নহাক্কী শায়োন তোয়বী নহাক্কী,
মনাইনি ঈশ্বরগী; অথোইবীনি নহাক্কী।
নহাকপু শীংথাজবা ঐহাক্তগী ইরাদনি।
নওগী নগুণবু ঐনা হৈজদনা শোম্বদা,
লোইগ্রে ঐগী রাখলগী ঈচেল ঈরী কংলকলে;
হেনগ্রে নওগী নগুণনা রাংথৌরে ঐগী ঈতীক্।
লমন শিংসি শিংওমদা, কৎনীংঙাইদি লৈজদা
হোজ-হোজ পাঙ্গল থেক রাতুনতা ঈরাম্নং,
পুন্সি অসি লোইগ্রনি খল্লুবদা লাংতক্কে।
'রাবা কয়া মুংঙাইবা, মণ্ডন্ মণ্ডন্ খল্লকই
খণ্ডহল্লৌবনি ঐবু মহৌশা কৌবী মানা।
অসুম্ন অমুক-অমুক খল্লকই ঐনা ইদোম।
থরান্গী থাজ মাদি তরংনা থোক্লক্লেদো,
কজবা শক্তম্বু-পু ঙাল্লকলে অতিয়াদা
লৈচিল কিন্নুপ খোঙনেংনা মোমোন মোমোন নোক্লুনা!
নোংজু মমৈদা থোকপী থাজ মাদি কজবী
খোইনা হেন্না তরুনা নীংথীজরি য়েংবদা,
ফজৈদা থাজ নওদি হায়রুবনা লাম্বনি।
কনা'মনা শীংথাক্কে মেরা থাগী থাজবু,
ওসিসে ঐঙোন্দদি মেরা থাগী থা-মক্রী।
ওসি থরান্গী থাগী থেঙলবা অহিংসিদা
কয়াদা মুংশিনবু ঐগী থম্মোয় চুমিবা!
সিদগী হেন্না অমুক লৈত্রেকো লুপ্লুনিংঙাই।
ঐহাক্কী পুক্নীংসিনা ঐহাক্কী থম্মোয়সিনা!

লিরি শিংপা মালংবু করি নত্তবদন্থ
মরাল শীরুই ঐহাক্কা মালং শত্থম অকনবা
লাক্লগদ্রা থন্দুনা, খঙহৌদনা তমথীনা।
থাজ মনাক নকুবু জগোয় খুত্থেক লৈজবী,
লৈচিল্লক্তা লৈতুনা কেকু লোৎনা ফোংজবী,
পানখৎলকপা থাজবু ঙাইতুনতা লৈজবী,
লশিং মানবী লৈচীলবু চীৱান্ চীক্লা চৈরুইদো,
খোয়খা লিনখা থাতুনা রায়ৌরুইদো ঐহাক্লা।
ফজবী মায়থোং পুবী, থাজ মাবু মমহন্না,
খঙহৌদনা ফিরুকপু খুমপ্রদরা থন্দুনা,
মিকুপ-নাত্থম শিংনবু অতি চুপ্পা মিংশেল থাঙ্
থাজ মাবু শেন্নজৈ, থোইনা হেন্না র'জরুই।
থাজ মাগী মঙালদা উরু উরুবা খুদিং
খোয়থুম্নমা শঙ্গরুই, উনা 'মন্ত্রা ওইরবস্থ,
হায়জরুই; নংতনিক্কো ঐনা খোয়দাজরিবা।
মোইরাং লাইচি পাংনবু লৈহৌরিবী মহাক্লা
মথা মায়গৈ পাংনবু লৈখখিবা উরগা,
মিপাংজৈদো পুক্লীংসে উরমোইদ্রা থল্লুইদো,
তাংলৌ লৈনা খেঙলক্রা থঙ্করুইদো পাখৎনা।
মিংশেল খাঙজৈ তক্তনা পানখৎলকপা খুদিংদা
অরাংবা উপাল্লক্তা, উকা-হোবা-মরক্তা,
মানা চঙখিবা উরগা ফজবী মাগী মতৌ
থাগৎচরি ঐহাক্লা, অমুক হেন্না মাবু
ফজৈদকো হে থাজ! অহিংদা ঙানবী নঙবু
তাংলৌ-লৈন-খেঙলগা মীচাক্লাচাক্লগতা
হেনগৎলকইদো অস্থম নঙগী নঙাক্লা ঙানবা।

ফোঙ্‌ডমজ্রবা থম্মোম্না ওল্লাংহল্লি ঐহাকপু।
অহিংনা থাবল্লক্তা ইচীক হুল্লক্লবদা
ঐগী ইতৌ য়েংবদা রারবী লৈরাংশিংনা
তত্তনা পাওমেল্লক্নী, ঐবু য়েংল য়েংলগা—
"হো ইতা! লাল্লে লাল্লে নঙনা ঙাওরিহু লাল্লে।
য়েংউনে থাজ অসে, তংথায়নিনে, তংথায়নি!
মপুংস্থ ফাদরিয়ে; পানখৎলকপদা ঙায়রি।
রাংলিয়ে থাজ মাগী শুম্মাৎপা মায়থোংপুবা!
হাক্লমক কল্লা নঙনা, হকচিল্লুখিনু পূক্নীং।
থাজ তংথায় উবদা মীৎশেল খাঙনা লেল্লবী
শুম্মাৎলবী নঙনিকো, মঙাও-থীনা-ঙাওরবী
খোক্লকপবু উরগা হয়েং থাজ মহাক্লা
মপুং ফানা ফজনা রায়নিকো নহাক্তি।"
হায়দি হায়দোক্লুরগা মচীনমক্লা ঐঙোন্দা
লৈরাং মদোম খল্লকই, ঐনা হায়রুরিসিবু
লাল্লবরা করিনো? ঐগী ইতৌ য়েংদনা,
ঐগী ইওং খঙদনা, পংহায় হায়রুরব্রনে?
হে পূক্নীং লৈরাং ওইবী ঙাওরিবদি ঐহাক্নী,
ঐনি থোইনা রারিদি, হুপ্রবনি থম্মোয়সে!
অঙোবা লৈচীলবুস্থ, কল্লক্লু ইদো ঐহাক্লা,
অপাম্বা কল্লকপগী মখা পোল্লা পূক্নীংসে—
লৈখা তানা চিংথরি ঐবু চিংথরি হন্না
হে থাজ মঙান্ ফরবী। চামথোকপীয়ুনে ঐগী
মক্লবা-পূক্নীং-থম্মোয়, নঙগী লুর নঙাল্লা,
তশেং-তশেং পুন্সিসে লেঙ্গগেনে ঐহাক্লা।
কল্লকপগী ইখিলদা, অপাম্বগী থায়াত্তা

তাইনবীমু ঐহাকপু, কনবীমু ঐগী পুন্সি।
মতু ফাওবা য়ৌনবু, ভমত্রবদি ছে থাজ্জা।
অয়েম্বনি নপুন্সি, থাবল মঙাল পুরীবী;
অসুম্নবু হায়জরুই, ওইনচাউবী মহাক্না,
নোংদোল থক্তা ওল্লগা থরান থাজ য়েংছনা।
ভসিগী মতৌসিদা নোংমগী খোঙচং মবু
নীংশিংলক্লে হৌজিক্তা, ঙরাংতা থোকখিবত্তুম।
মদো লৌবুক শম্লগা লৌরী শেম্বা চংপনি,
লম্বী লমদাং মরক্তা থেংনবতু নীংশিংন্সি।
চৈঙয়াদগী তময়াবু লান্না-লান্না লাকপদা
থেংনরুরে ঐহাক্লা তরু-তরুবা পাংমা,
তরু-তরুবা অদো পাংকীদসু নত্রিয়ে,
লাইজত্তসু তরুরি, লাইজদগীসু নত্রি,
পাংকী লৈজেং থম্বাল, লৈরাং মাসু ফজরি।
শাংত্রিবতনি লৈরাং, অশাংপদগী হেন্না
শাংলবনি হান্নুনা, পোমশাং লৈশাংনবীনি।
লৈমন চনখিনি হায়না রাবা তৌরুদে লৈরাং,
লৈনা লৈকা লৈরিকপু থুম্নহনা হুমিন্না
পুনুম লেপ্সি ঈয়াধদা লৈরাং লৈথোক লেঙদনা।
লৈরাং মাগী শক্তমদি লোম্নবা থুবাং মান্সি,
লৈনানা খুংচা ওইনা তঙাং-তঙাং ফজরি,
লৈরাংগী লৈরিক্তুনা খুজিলগী থম্বাল ওইরি,
লৈরাংগী লৈথোক্তুনা মান্সি থুংকী থুজেংবু।
নিজরিববু মাল্লে লৈরাং মাবু শেম্বীবা
তাইবং মপু মঙোন্দা পুন্সি মাগী থন্দুনা।
থল্লু-থল্লু মুংঙাইত, হায়জরি শোঞ্জরিয়ে—

"চাওলকপাত্তা জৌবনা থুংজদ্রবী নীংজবা,
লৈগী জাপ্তা পোক্‌লবী লাইবকথীবী ওইরেদো।
তাইবং-তাম্ন-লমসিদা কনানে নে হে পুক্নীং!
ঐবু হেকপীগদবা! ঐবু হুংশিবীরিবা!
য়োজনিংই ঐহাক্তি লেপ্পমক পুন্সিসিগী
ঐবু শেম্বীবা মপু ঈশ্বর মাগী নাক্তা।
হেকপীনবা রাংপনা মাঙলনিদো পুন্সিসে,
অরেম্বদা কেন্দুনা ঈয়ায়ণক্তা তাউহনা
পৎলনিদো ঐহাক লৈনা লৈরিক তনৌবী
খল্লুবনা রাখলসে শাৎচনীংদ্রে কৈদৌউ,
পোমশা'নবী ওইনবু লেঞ্জনীংলে কুইনবু।
লৈরাং ইপোক ফরগা খঙলুগনি কনানা
লাক্কলবসু হেকপীবা চীংলকপাংতা ওঙবীবু
রাখলসিদা ঐহাক্তি কেমলবনি কেন্নবা!
পোমশা'নবী ওইনবু লৈমন চনখিগদৌরে!
কোরৌ মাগী মপুন্সি নোংমতগী মন্নুংদা
কারক্কলগা তাবগুম; মন্নুংতুদা ঐহাক্তা
উ'লম্নগা ইশকসে ডাইহাক্কীবু তাইবংদা
কেনখিনিদো শোয়দনা লৈরাং ওইবী ইচৌশা!
ঈরোল্লুংদা পোম্নগা লাইজ ঈপাল্লাংনবু
শা'চবীনি ঐহাক্তি, ঈয়ায়থক্তা লেপ্পুনা
তাইবং শকুম য়েংবদৈ পাম্বে অমা লৈজদে,
খল্লুরগা খম্মোয়সে কায়খিদৌই রারকই
"লৈরাং লৈচু ফজেদা নীংথিজেদা খম্বাল-ও"!
পামজদেনে হায়নবা অরেম্বদা খাগৎপা।
তারি-য়ে ঐনা মপাউ, লোম্ফোক্তবী মহাক্কী,
উরি-য়ে ঐনা মশক, ফোংদোক্তবা থম্নুংগী,

ঋরিবা ওমচাক্লনা হুংশিবী মানা 'ম্লমা।
অরেম্বনি হে লৈরাং ! নিকরগন্থ অমুক,
মফম অসে তাম্লেদো ঈশ্বর মাই' মন্দিরদি,
নঙসে মাগী থুংশেম্মী তম্ময়বনি মানা,
মহু নঙগী পুন্সিনি অরেম্বদা মাঙলরোই ।

---

# অনৌশুবা শরুক

## ( কচ্চবা )

ইমা নওগী নকাদা
কচ্চরি নমোম ঐনা
নওগী মুংশি নপাউসে,
নওদি শিদ-হিদাক্সী ।

পোকওমদনা পোক্লবা মীওইবগী মপোক্সী
করিবু তৌরমহুনা করিবু ফংজগনি
মতম খরগী ভুংদা থাদোক্লনি মফমসে,
রাখলসিবু খঙ্কদি মীকুপ অমত্তগীনি ।
পুন্সি লম্বী লাল্লবা লম্মাংনবা কনাদি
মাগী পুন্সি অহুদা নোংমতবু নীংশিংদে ।
হে ঈশ্বর নোংদম্বা ! সাহিত্তাবু ঐগাক্লা
ঈরাংচগে খঙ্জরি, ঐগী পুন্সি অসিদা;
ভালহনবীযু নিক্তরি থম্মোযন্নুদা লেওদনা ।
সাহিত্তাগী থরায়দ্ রসনা ওইবা অহুগুম
সাহিত্তানা ওইজরি ঐগী থরায অশেংবা ।
পুন্সিসিগী অরাবা খুদোংথীবা কয়াদা
কয়ারক তন্না ঐবু কনবীগ্রবনি মানা !
ঐগী ভুংগী পুন্সিগী লম্বী খোওচং খুদিংদা
কনবীযু নিজনীংঙ্ই অরাবা কয়াদগী,
থাওডমদনা থম্মোযগী অরাববু লাম্নবা
পাইম্ব মহু ওইবীযু হায়জগনি ঐহাক্লা ।

হৈন্নিংবা পোক্তুবদা করিগুম্বা পুক্নীংদা,
চঙজক্ষম কৌবদবু লৈরক্লুবা মতমদা,
ঐগীদি সাহিত্যনা থরায়নি থরায় ঐগী।
পাক চাউরবা ঈপাক্নী মপান্নাইদ্রবদু ঙি;
অঙকপা মুংশিবসু, মুংঙাইবা হরাওবসু,
অপেনবা ফজবসু, তিন্নবনি পুম্নমক!
খঙহুমদেদো তরাইনা সাহিত্যগী শক্তিবু
ওক্না শোঞ্জবি ঐনা সাহিত্য মাগী মগুণ।
তাইবং জগৎ শেম্বীবা ঈশ্বর মহাক অতুনা
শেমখিবা নোংজাদগী কোরৌ মুমিৎ অতুদৈ
পোক্লক্লবনি পুম্না সাহিত্যগা লোয়নননা।
ঙসিগী তাইবংপানগা তৎন্-থান- লৈতনা
লৈরগনি লেঙদনা তাইবং অসি হিংলিঙৈ
মতমপুম্না সাহিত্য পুন্সিগা লোয়নরনি।
"সাহিত্য-ও অথোইবা! নহাক্নী নক্লবদি
মীওইবগী মপোক্নী, মহৈশাগী পুন্সিনি,
খুৎশেম অনী অসিবু য়াওদ্রবা লৈত্রবদা—
নঙগী জীবন ইতিহাস অরেম্বনি অরেম্বা
উরিবা তাইবং অসে নহাক্নীদি ম্নারীনি;
ঙসিগী পুন্সি অসে নহাক্নী নপাউমক্নী:
নঙদি তাইবং পুন্সিগী থরায়মক্নী থরায়মক।
অন্না-মুংঙাক্ত কয়াগী হৌরকফম্নী নহাক্তি;
পুন্সি পোলোয় অনীমক নহাক্তনা ওইবনি।
খঙজদনা খঙবশা ঐগী থম্মোয় অসিনা
নঙতবু থাজকইদো নঙতবু পামজক্লইদো!
কৎচরগে পুন্সিসে পুক্নীংগী শিল্লীসিদা।

অহিং লুংথিল কয়াস্থ তাউজখি নঙবু নীংনা,
ঙাওজখিদো রাখলসে নঙগী লুংশি রাগদা।
ইতীক-নত্ত-ইঙলহাপ নাৱা ইৱাম্নং ওইৱে ;
অৱাব' মৈৱী-লুংদো ওইরুৱে থম্মোয় কোলবু ;
কাজখিনে থম্মোয়সে নঙগী চৈৱাক শাস্তীদা।
হন্না হন্না ঐহাক্না হোৎনজরুব-'ত্নুনা
কনবীখি ঐবু নঙনা থম্মোয়ন্নংগী রাবদৈ।
চঙজফম নিজরুবা, পীবীদো ঐবু নঙনা।
অনৌবা পুন্সি'মগী অনৌবা থরায় অমা
উহনবীদো তশেংনা নঙনা ঐঙোন্দা তোয়না
লুংঙাইৱবা রাখলগী মঙলান কয়া কয়াবু
মঙহল্লীদো ঐহাকপু কাউহল্লীদো পূম্নমক
হৱাওহল্লী পুক্নীংসে থৌগৎপীত্নুনা নঙনা।
ত্নুম্‌ত্নুনা লৈরুৱবা রাখলবু হৌদোক্নুনা
উহনবী ঐবু 'নৌবা, পুন্সি'মগী অয়ুকপু।
অনৌবা ফজরবা, রাখলগী শক্তম অমা,
মহৌশা য়াকায়বগী ঈথক ঈপোমলক্নুদা
উহন্দুনা তাকপীদো, অচুম্বা অত্ত ঐবু।
ত্তেকথৎহল্লী হকচাংবু, স্তান্নহল্লী তাম্নবু।
নঙগী মায়া জগত্তা উৎলি শক্তি কয়াস্থ,
পোকহল্লী তাইবংসিদা হিংনীংবগী রাখল'মা
রাখল কয়া লৈচীলগুম খলহল্লী ঐবু তোয়না,
অঙনবা অয়ুক্তস্থ, হুমিদাংৱাইৱমদস্থ,
থাবলফবা অহিংগী ঈচীকত্নল্লকালদস্থ,
হৌবীৱৈ ঐবু তোয়না, চৎলসি হায়ৱৈ লাপ্না ;
নীঙহল্লি ঐবু নঙনা, অৱোইবা পম্ব'ংগুম্না।

পঞ্চবতী বন্দুদা শুঙ্কাৎখিবা সীতাবু,
মায়াবীদি মারিচনা ওনবা স্বর্ণমৃগগুম,
শুঙ্কাৎলে ঐদি নঙগী মায়াগী জালমন্থুংদা,
থুরুরে পঙলবীদি জানকী সীতাগুম্না ;
সাহিত্য নঙগী মায়া, শুঙ্কাৎলাংদা তারুরে।
সাহিত্য নঙদি ঐগী থরায়নি, পুন্সিমক্তী ;
ঐগী পুনসি কলানি, ওইজরগে কলাকার !
রাখলগী শক্তমগুম্না নঙনা খোঞ্জেলথোক্লবু
হৌহল্লে ঐগী পূক্লীং তিন্নীংলুবা ঐনা,
চীক্লা ইদোম ফমহুনা নাইতোম তারিঞ্জে ইদোম,
মতমদদি নহাকপু নীংশিংহল্লি ঐহাকপু।
সহরগী মীয়ামতাবা নিলথোংবা চরাংনবা
করিগুম্বা মফমদা নীংশিংবা লৈতে নঙবু।
করিগুম্বদা ঐনা নীংশিংবা থোক্লবস্থ
শেংদবা নমথাক্তগী ওইরবা পুন্সিগীনি।
উরে ঐহাক্লা 'নঙগী মায়থোংচুদা তারিবা
শক্তম কয়াগী মমি, যুগ কয়াগী ওইরবা,
অরা মুংঙাই কয়াগী, থৌদোক কয়া থংননা
তাইবং পুন্সি অসিগী ঈবেন্নুংদা তাউথখিবা—
মতমগী ঈচেল্লক্তা, ঈথক-ঈরৈ-তোরৈদা
হকচন্দুনা থম্লীবা মুংশিরবা মুংঙাইবা
ফোংদোকলিবা রাইহেন, ইরম্লীবা ময়েক্লা,
শক্লীবা ঈশৈ কয়া মুংশিরবা মুরদবু
তাইবং নাকোং শিন্থুংনা মীওই থম্মোয় থুঙ্কাৎনা ;
লেপ্পনা ভংলুরিবা থম্মোয় থুদিংমক্তুদা
ছন্দ-তাল-লয় লোয়ননা শাথেক খুংথেক চাননা
লীরুরিবা রারীশিং শক্তি লৈবা রাইহেনা।

হে সাহিত্য অথোইবা থরায়গী মশক ওইবা !!
ঐহাক্কী থম্মোয়সিনা কৌজরি খুংলাম তোয়না ;
নংতবু নীংশিংলকই হে মপাম্মাইদ্রব-ও !
মাংগী মপৈ অসিবু থওইরুবা লৈতনা
নওতবু য়েংজরক্লী ঐনা ওসি ফাওবদা।
অরাবগী ঈপাক্তা অকনবা ঈরৈলক্তা
হিরাক্লরবা ঐগী হিগী হিনাও শাত্থনা
কননীঙ্গ্রে নংনা ঐবু কয়ারক হন্না হন্না।
নওদি থৌজাল হৈবনি শোম্নরি পূম্নমক্কা
থুম্নবা ঈচেলশিংগী ঈতিন্‌ফম্মী নীংনরি।
রাখংগী ঈচেল্লক্তা ঈরৈনা লাকহন্তনা
পূক্লীংসিবু থুম্মাংনা ঈথক হৌরক্লবদা
তনিক তনিক ঐহাক্কা নংগী মায়কৈ য়েংবদা,
মোমোন নোক্কা মহাক্কা ওক্লম্মীদো ঐহাকপু।
মতমক্তুদা নহাক্কী থরায়গী মশক ওইবা
রসগী মরিক মন্তংনু ফংজবদি ঐহাক্কা
ঐগী পূন্সি অসিগী হেনফত্রবা পুংজাদা
ঐবু কন্‌বীবনিদো অশংনা কন্‌বীবনি।
থুম্নবা ময়েকশিংনি, নওনু শারিবা ময়েক
শীংথাজবা ওমজরোই ইতীক নচ্চদে ঐগী ;
নংগী শাদোং ওইরিবা রাহৈতবু হন্না হন্না
পঞ্জবনু নত্তনা ঐগী উপায় লৈজদে।
ঐগী পুন্সি থোত্তচংকী লম্বেল লম্বেল থুদিংদা
ঈরোল-ঈরৈ ঈরমফাং শোঙ্গগে ঈচীল পেম্না।
উপায় লৈত্র' মতমদা উপায় কয়া পীবিখি।
ঐগী পূক্লীং লৈকোন্দা লৈরাং কয়া শাংহনঙ্গে

খোংহনখ্রে বসন্তগী কোকিল মাদি খোম্নংশি।
নওগী শক্তি অওকপা উরুরগা ঐহাক্না,
হেনগৎলক্লী পেঞ্জবা, নওগী দমক নীংবস্থু
পামজেনে ঐদি নওগী থৌজাল মুংশিবা অদো,
হিংলিমখৈ মীওইনা তাইবংসিদা চন্দকী।
অহুবু হে সাহিত্য! নহাকী নগুণবুদি
ওমজদরি খঙজবা পাম্বৈ অমা য়াওদনা,
পামজরি তিন্নজবা পুন্সি চুপ্পা নহাকা।
খঙ্গনবগী উপায়স্থু, তিন্নবগী পাম্বৈস্থু,
"মহৌশানা ওইবীরি ঐগী ঈমা শক্লবী"
উবা ফংজে ঐহাক্না ঈমা মাগী মায়খোংদা
তশেং-তশেং তারিবা সাহিত্যগী মমিবু।
রাখল ঈরৈ মরক্তা ঈমা মাতবু উজে;
অনানবদা চৈশৃংগুম, ওইবীরি পাম্বৈ অদো,
ঈশ্বরবু নীংবগী অথোইবা অহুবস্থু
মহৌশানা ওইবীরি অমত্তা ভায়বা চক্র,
পূক্নীংগী অনীংবগী, থম্মোয়গী অপাম্বগী
পূম্নমক্কী মরূদি মহৌশানা ওইরম্লে।
ঈমা মতাক নত্তনা, কনা লৈরমদ্রে ঐগী
মহাক্কী ঈংনফম্মী, লুংঙাইফম্মী ঐহাকী;
পেন্নফম্মী পোথাফম, মুংশিনফম অতুনি।
চন্দকী মপোকসিদা, মীওইবা পুন্সিসিদা
লমজীংবীবা ওইনবা মায়কৈ মরি কোয়ন-য়েং
থীজবদা ঐহাক্না "মহৌশা লাইরেম্বীবু"
ফংজররে থৌজালনা, নোংদম্বীরে ঐহাকপু।
খঙহনবীরে মুংশিবা, পোকহনবীরে থাজবা,
মহাকমকপু ঈমানি, খঙ্গহুনা নীংজরে,

ধৰ্ম্ম কৰ্ম্ম পুম্বগী পুন্সি জ্ঞান শিন্নীগী,
মশক থোকপা শক্তমদি অমত্তা ভায়বা 'হুদি
মহৌশা মহাক্তনি, খপ্তরি চপ্ যুংনবু।
খল্লুহুনা পূৰ্ক্লীংদা, নীংলুহুনা অসিবু,
ইপ্তৰক্লী ঐহাক্কা লাকচরি মফমসিদা,
পলেম-পম্ফৌ তুংইন্না, খুদোংথীবা লমসিদা।
নাইতোম পাইবী চেক্লাগুম ইপাও কয়া কায়মনা
লমদম তান্না পাইরক্লী, হুমিৎ নিনি লমসিদা।
চেক্লা চাক্তাকম হোংনা চেক্লা কায়দোংকম হোংনা
লোইবী পক্লোনবু লান্না ভস্বাক কয়াবু লান্না।
চাঁওগী চাঁওশাং য়েংহুনা লৌরী খুহুং ইন্দুনা
পাইরক্লীবনি'সিদা, হুংগাইজগনি খন্দুনা।
তাইবং শনম্ ফংদনা, মীখোল-নাখোল তাদনা,
চাঁওজুম লাইজ থক্লুনা, উহৈ-রাহৈ চাহুনা
লৈজরি মফমসিদা অপাম্ববু থুংনবা।
নুংশিরবা মায়থোংবু মীৎসিনা য়েংজহুনা
কোলোয় মাগী শকচরি নুংদা ভক্তি কচ্চরি।
মহাক্কী শক্তমসিদা থম্মোয়সে পেঞ্জহুনা
মগুনবু শকচহুনা মীৎলু পিরাং ঈহৌরি।
হে মহৌশা লাইরেম্বী নুংশিজবী ঈমা-ও!
ঐগী খোংচৎ অসিগী অরা মুঙোই খুদিংমক—
নওগীদমক্তনিকো, কৎথোক্লবা কৎনিংনা
লাইবকথীবী মপোক্লি, মীওই ঐগী মপোকসে
নওগী লম্মন মুংশিবু শিংওমদনা ঐহাক্কী
পুন্সি অসি লোইখিনি খওহৌ উক্লৌদনা, মুম।
ঈমাই' নুংশি মাইথোংবু য়েংজবদি নমোম্না

কয়াদা পেঙ্গরিবা নোংদোল থাজ ফংজবগুম।
'ছবু লায়রজরবী, উপায় লৈত্রবীনিনা,
করিমত্তা লৈজদে কৎচনবা নমোম্না,
নঙগীদমক্কী হায়না তমজনবা ঐহাক্না।
অসি পুম্বা থল্লগা; ঈমা ঐগী মপোকসে,
তোল্লিদকো মীংজৈদো, নোংমসু কপচখিদো,
ইথক্ত নীঙমদনা, লোম্নম্না মুংঙাইতনা।
অরেম্বনি ইমা-ও! পূম্নমক অরেম্বনি!
নঙগী শক্তম য়েংহুনা, নঙবু ইরাংচহুনা
পূন্সিসে লেপ্পরগে মসিনা অরেপ্পনি।
থম্মোয়গী মুংশিকসু নঙগীনি হে মহৌশা!
নঙগী রাগদা ঐনা নঙগী ইরাংদা ঐনা,
ঙাওজরি শাগৎচনি, ঙাওজরি রাখল ঐগী;
নীংজরি, হিংজরগে নঙগীদমক্কি হায়হুনা
ঐগী মিং কৌবীরিবা, ঐগ শক্তম উরিবা
অরেম্বনি অরেম্বা মৈত্তান্না রাখৈগনি,
লেমতৌরিবা মাঙদ্রবা, পোৎশক্তি থরায়দনি
থরায়গী মশক ওইবা সাহিত্যবু ফংহনবা
থরায়সিগী ভুংনফম ঈশ্বরবু কাউহন্দ্রীবা,
ঈমা মহৌশা নঙগী, মুংশিথোইবী নকান্দা,
কচ্চনিংবা নমোম্না কচ্চরি নপাউ অসে
তাইবংগী সমাজদগী তোঙান তানা লৈরবা,
সহরগী মীয়ামশিংগী নিল-খোংববু তাদনা,
লমদম তান্না লৈথবা মফমসিদা চীক্লবা,
লৈতে পুক্লীংদা নাপল ফত্তববু পোক্লবা।
থাবল ফবা অহিংগী মঙালদসু ওইসমু,
কোয়ৌ মাগী মেত্তলবা মঙালদসু ওইসমু,

অমাম্বদা উরিবা অনকপদা লৈরিবা
পুন্নমকসিদা য়াওরি অচৌকপগী মপাউখোল ।
কন্নি মমাল লৈত্রবা মায়থোংবু পুম্নছুনা
লেপ্লী মহৌশা খুৎশেম, কল্যানগী মশক ওইরি !
অময়বা কুরা দোলান কুক্-কুব্ ইম্নরিবশিং
মীতাবা লমদা কুনা, য়েংলু-য়েংলুবা খুদিং
কল্লকপা-অপাম্বগী, মিহৌবা-তুম্মংপগী,
ফত্রবা-তমথীরবা য়াখলতনা কুপ্লীবা .
থলহল্লী মীওইবগী পুক্নীংদা মতমচুপ্পা !
পোকহল্লী কাম্নত্রবা য়াখল কয়া-কয়াবু ।
মক্কমসিদি চৌক্লবা মীতাদবা লমদমনী
মতমচুপ্পদা ঐবু থপ্নীরিবনি তোপ্পা,
অণাবা য়াখলদগী ঈংহনবীরি ঐহাকপু ;
ফত্রবা সংসারসিগী মাওনবৈ মশক ওইবা
বিষয়াশিংতুদগী কনবীরি মফমসিনা ।
চুমনতগী ফজবা, মুংশিবা, মুংঙাইববু
ফংহনবীরি ঐভোল্দ পীনবী পেম্নবা ।
তম্বীরি ঐবু ভক্তি থাজবগা লোয়ননা
য়েংখি-য়েংখি পুম্বদা ফজবা পুক্নীংচুবা
মহৌশাগী নীংথীবা শক্তমশিংসিনা ঐবু
খুংলাম তোয়না কৌবীরি হুংশি মপাউ তাহল্লী
অবংবা-ফকুবাদোলান লৈতবনা সিদদি
ফজরবা চীঙ্গোলনা মতুংশিল্লি ঈংলবা,
উরুবদা মখোয়বু কল্লকপগী মঙ্গত্তা
মোমোন নোহকল্লি ঐবু অচম্বগী মীনোক্তা ।
মীয়া-মীশা তাহুন: তমণীরবা খোঙ্গেলনা
পুক্নীং-নানা লৈবদে নাম্হোকহল্লে ঐহাকপু ।

লুংশিরবা খোইমুগী পোম্বী চেক্লা কয়াগী,
লৌরাং শূবা কনাগী, লুংশিরবা ঈশৈনা
ঐবু পেলহল্লি থল্লা পুক্নীং পানা লেলহল্লী।
সহরগীদি শারবা মৈথুহুগী মহুত্তা
ঋতু নোংজু ঈশৈনা হন্নাওহল্লি থম্মোয়বু।
লৈনীংহল্লি হেন্ননা খোয়থ্রূমনহল্লি ঐবু,
মহৌশাগী পোৎতবু লুংশিরুবনা ঐনা
থুংশেম চঙলবা পোৎপু পামলক্তে থন্নায়সিনা
মণিমুক্তা থাম্লব প্রসাদ ফজরবা
লৈনীংলুদ্রে লুংঙাইবা রারবসু রানবু
চরুচরোৎ কুপ্লবা খাংপোকশংদা লৈনীংলে।
অফা-অপূন্নরবা সমাজগী পুন্সিদগী
তোঙাল্লা লৈনিংলক্লে, তিন্নবা হায়বা অদো
অমুক তিন্ননীংলুদ্রে অমুক পামজরুদরে।
অচীকপগী তুংনফম ওইরিবী মহাক্তবু
পামলক্লে তিন্নজবা লৈনীংলক্লে লোয়ননা।
মন্দিরশিং, ঈশ্বরবু, তাইবংনা ঈরাৎলিবা
ঙমলুদ্রে থুরুমজবা উন-উন কুইনগী।
আহুবু অসিদদি মন্দির'মা লৈত্রবসু
নীংজরি ঈশ্বর মাবু, চীরু লুংদা লাৎচরি।
মন্দিরগী মন্দির ঙাক্নী ঈশ্বরগী ঈশ্বর ঙাক্নী।
তপথদ্রবা সমাজদি পূক্নীংগী য়েক্লবনি।
চিক্লবদি স্বর্গনি, পুক্নীংগী পোথাফমনি।

# অহুমশুবা শরুক

ব্রহ্মচর্য্য রাখল্লা
ঐহাক্কি পূক্নীং অসে
মচু শংঙ্গ্রে মাম্লনা ।

মহৌশা লমদমসিদা, খোঙচং অসিমক্তদা
ব্রহ্মচর্য্য রাখলসে ফাওরক্লে পুক্নীংসিদা,
মরক্কথংনা লেপ্লরে মহৌশাগা ঐগীগা ।
শংবাম্নবা মনিগী পরেং মরক অসিদা,
সুমিংকুম্না লংলবা মণিমস্থ ভাল্লরে ।
লমহাংগী রাখলসিদা,পম্মুং পুন্সি তোর্ব্বানগী
অরাপ্পা পংথৈমবু, উহল্লে ঐঙোন্দা ।

পুন্সিসিগী অথবু মমুংতানা খঙনবু
হন্দমুক্কী মপোকসে লেঙনীংই ঐহাক্না
হাংলবা মালংসিদা কোয়ন কোয়ন তাওরিবা
মশাগীদি অহেনবা অরুম্বা লৈজদ্রবা
ঙৌবা তেম্না মফোনগুম, লোইশ্রদরা থনবদা
লাংতক্কে থোইনা হেন্না, মিপাইজৈ খল্লুবদা
মথোক্কারকপা কৌবা পুন্সিগী অম্মুক্তদা
খলহল্লি নোংমতবু, কুমজাচুপ্পা অমগুম ।

বিরহ সংযোগকী রাখলদা, মৈরিম্নুংদা
হৌহনখ্রি মরুওইবা পূন্সিগী মতাং অদো ।
হুংশি মীনোক অমনা লোইনখ্রি পুন্সি কয়া !
নীঙনা নীঙনা চংখ্রিবা তাংখবও ফম্বাকসিদগী
তৎন- থান লৈত্রবা পম্বংনি খলহন্দুনা

ঈয়ায়থক্কী কোঙ্গোলনা মালং শত্থম অমদা
খঙহৌদনা মাঙখিত্তম তাইবং পুন্সি সিদগী
খঙহৌদনা লোইশ্রদ্রা খল্লুবদা লাংত্তক্কে।
তাইবং ঈথক-ঈরাংগী কঙাওনবা জগোইদা
শারুহুনা লোয়ননা- খঙহৌদনা কেনগত্রা
খাংডুথক্তা পুন্সিসে মওন মওন খল্লকই।
তাইবংনা থাজনরি হন্দকমুক্কী মপোক্কী,
নহানমুক্কী মপোক্কী, মপোক লাংওন তোয়বনি,
মসিবু অচুম্বরা ? কনানা খঙলুগনি।
নহানমুক্কী মপোক্কী পুন্সিহুদা ঐহাক্না
করি কর্ম্ম তৌহুনা লেল্লিগবা পুন্সিদো !
হয়েংমুক্কী মপোক্তা কারবু তৌরগবা।
অমম্বগী রাখলনি, খঙদবগী মপোক্কী !
ঊদবনা থাজদে, থাজবনা চুম্বনি !
মপোক মপোক কয়াগী রাখলবু খল্লবদি
করম্বা মুমিত্তনো, মীওংরিবা ঐখোয়না
অচুম্ববু তৌহুনা পন্থংবু য়োংদবা !
অরেম্বান অরেম্বা, উনউন উত্রবা,
খঙন-খঙন খঙদ্রবা তাইবং মীগী মপোকনী।
হন্দকমুক্কী মপোকসে অথোইবনি অথোইবা,
ঙসি ঙসি উরিবা, হৌজিক হৌজিক হিংলিরা
মপোকসিনা চুম্বনি, মসিনা অরোইবনি
খন্দুনবু হিংগনি, কর্ম্মবু তৌজগনি।
হয়েংমুক্কী মপোক্কী তৌজরিবা কর্ম্মনি
খন্দুনবু তৌরিবা কর্ম্ম অফবা পূম্বা,
মথংগী মিকুপকীনি, ঙসি ঙসি পুন্সিগী।
অহৌবদি অরোইবা পুন্সিসিগী তুংনফম

ঈশ্বরবু খঙগনি, চঙজগনি মঙোন্দা,
মাঙখ্রিবদি মাতনি, খঙজগনি ঐখোয়না।
অনীগুবদা মীনা, নীংজগনি মহাকপু,
অরোইবদা মঙোন্দা, নিজগনি চংজকম ;
মসিনা মাঙদরবা পুন্সিসিগী হিদাকী।
হে যৌবনগী পুন্সি-ও! নঙোন্দা লৈরি কোম্না
তৌবা ওম্বা শক্তিবু থুপ্পুনা উহন্দনা।
অকুবনি খঙনবু তরাই-তরাই খলহনবা
অয়ানবনি খঙনবু চুম্নবোইদা নীংহনবা,
জীবনী শক্তিবুস্ত মপাঙ্গল শোম্বহনবা,
মসি নঙগী থুদম্মী ময়েক লানা য়েক্লবা।
তাঙলবা মপোকসিবু অহোঙবগুম খলহল্লী,
নাপলতগী রাখলনা পূক্নীংবু লৈতাহন্দে,
কল্লকপা য়েংথীনবা, অপাম্বা অশাঙবস্ত
ফত্রবা সংসারসিগী, ইন্দ্রিগী ময়াই কাবা,
পূম্নমকসিনা লায়না থুদুম চল্লি পূক্নীংবু।
মুংশিবগী শুদ্ধাংপা রাহে খোঞ্জেল স্নরহনা
পূক্নীংবু ঈথক হৌনা, রাগদা তাউথহনা
লেলহল্লি মতম চুপ্পদা মতম্বু থওইদনা।
বিরহগী শযাদা লংশিনবী কনা'মবু।
মিলনগী রাখলদা লুপহল্লি অমুকস্ত।
অয়ুক মুংথিল অনীদা তুম্বা চাবা খুদিংদা
প্রেমস্মৃতিবু কোম্না, মিলনগী পাত্র চুপ্না
লেলহল্লি মতমপুম্বা লোইরোই-দর-গুম্না।
হে ঈশ্বর অথোইবা! খুরুমজরি নহাকপু,
নঙদি পীনহৈবনি, থৌজালহৈবনি নঙদি,
নিজরিমখৈ পীনবা নীংজরিমখৈ ঐনা।

নিদবনা ফংজদে, নীওদবনা পীনদে,
নোংমনোংমগী ওইবা পুন্সিসিদা ঐখোয়না
পাওপোক্লীবা থবকস়ু, থৌদাংপুম্বা অসিস়ু,
কর্ম্মনি পুন্সিসিগী, সত্যনি কল্যানগীনি।
কর্ম্মতনা পুন্সিনি, কর্ম্মতগী মপোক্নী,
পুন্সিসিদা ঐহাকনা কর্ম্মবু পাওখোকপদা
ফংলিবা পাউখুম পুম্বা ভগবানগী মপাউনি,
অচুম্বগী মূর্ত্তিনি মতমচুপ্পা লংলবা।
শ্রীঅরবিন্দনা হায়, "সংসারগী কর্ম্মশিংসি
ভগবানগীদমক্নী, কর্ম্মদগী থেংনবা
ফংলক্লীবা জ্ঞানফল, ভগবানগী থৌজালনি।"
অসিদস়ু নত্তরি, হে ঈশ্বর করুণা!
ফজবা কৌবা গুণ ফজববু পামজদে
গুণহু'তবু পামজে, ফজবদগী তোপ্পা।
অপাম্বগী সংসারনি, মায়াগী শক্তম্মক্নী,
মৈতাম্না রাথৈদ্রিথৈ ওমথৈ অমুক নাইররোই।
লাঙ্গোইচল্লবনিনে, মীওইবগী পূর্ক্নীংসে,
অপাম্বগী ওমথৈসি নৈরম্বা থোক্লবদি
ফজবা হায়বসিগী মপা অমুক লৈরম্লোই ;
ফজবা কৌবসিবু মশক থীহল্লবমক্নী।
ফজবা অসিতমক পাম্লবদি কনানা
সনা-সুপা কয়ানা, মণি-মুক্তা কয়ানা,
অরংব লিক-কোল কয়া, ফজবা ফি-রোল কয়া
শোয়দনা ফজগনি, লৈতেং তৌবদা ওক্না।
মসিনা মপান্থোংগী ফজবগী রাকম্নী,
মীওইবগী হকচাংগী কুয়োমগী লৈতেংসিনি।
অয়েংবগী পূর্ক্নীংবু ঈথক হৌহম্নবনি ;

লাংতক্রহন্নবনি, গুম্মাংনবনি মীবু,
ময়ায় কাহন্নবনি, অচুম্ববু নক্কাংপনি ।
লংলবা-ফজরবা সনা-লুপা অরংবা
মশেক-মঙাল য়ৈবদা ফজরবা শক্তম্
উহল্লী অয়েংবদা, অতুবু, ফজবদো
কুইদে ঙাহাক্তগীনি মালংদা মাঙখি-তিনখি ;
চাইথোকুনা খুদক্তা, মঙলানগী মতৌগুমনা ।
কাইনথংদা, মতুংদা, আয়েংবগী পূক্নীংদা
অমকপা রাখল অমা, পোকহল্লি ফাওরকহল্লি,
অপাম্বগী রাখলস্থ কল্লকপগী রাখলস্থ,
মথং মথং ফাওহল্লি, ফত্রবা রাখল লাকই ।
লৈতেংলিবা অরংবা পোৎকী মগুন অতুবু
উবা ফংদে য়েংবদা উৎথোকপবু ঙমজদে,
মসি হকচাংদগীনি উনশাতগী লৈতেংনি,
পুন্সিবু লৈতেং তৌদে অকক্লবা লৈতেংনি ।
য়েংখি-য়েংখি পুম্বদা, ঈংনা তরু-তরুনা
অশেংবগী গুণতনা থান-ত্তাজং য়ৈরবা,
অচুম্বগী মেঙলবা মঙান্না লৈতেংহুনা
ময়েকৈ শীন্না ঙাল্লিবা পুগ্গী মশক ওইবা
অতুম্বা মীশক্তু, মঙুং মপান অনীমক
পুন্না লৈতেংলবনি ফজবা কৌবা গুন্না ।
মমল কৌবা নাইত্রবা থম্মোয়মুংগী গুন্দুনি,
অমকপা লৈত্রবনি, নিংশেলগুম্বা লৈতেংনি
খুংশেম্মতা চঙদবা ফজবগী শক্তমী ।
মপাম্থোংগী লৈতেংবু নক্কাংপা ঙম্মী-মাদি,
উরুবা খুদিংমক্তা, য়েংলুবা খুদিংমক্তা
নকুক্লবা পুম্বদা, শম্মরুবা মহাকপু,

’শেংবা জ্ঞান ফংহল্লি, অমোংপবু লুহল্লী,
পুক্নীংগী অপাম্ববু মাঙহল্লি নেমথহল্লি।
শেলনা লৈবা ফংদ্রবা লৈতেংনি অখোইবনি:
সনা-লুপাগী গুণদি ঙাইহাক্কীনি ঙাইহাক্কী
লৌথোকপ্রগা হন্থখি ফজবদো মাঙথখি,
থম্মোয়নুংগী ফজবা পুন্সিচপ্প-সিগীনি!
মাঙবা তাবা .লৈত্রবা মী-ওইনা হিংলিনখৈ
পকপ্রবনি পকপ্রবা চুপ্রবনি, চুপ্রবা
মৈতান্না রাখৈরকাঙ মাঙবা লৈত্রবা গুণনি।
সনা লুপাগী লৈতেং হকচাংদগী লৈতেংনি,
থম্মোয়নুংগী ফজবা পুন্সিগী ফজবনি।
মপাম্বোংগী লৈতেংমা শুঙ্কংলি অয়েংববু,
পুন্সি থৌদাং কযাবু, কোমহল্লি, কাউগোকহল্লী
থম্মোয়নুংগী ফজবা পুন্সিবু লৌশিনবনি।
পূকচেল শেংবা ফজবা, থৌজাল হৈবা নুংশিবা,
মহাক্কী ধর্ম্মমক্কী, মহাক্কী মগুণমক্কী,
হে ঈশ্বর! নহাক্কী তাঙলবা গুণ অমনু
নিজনীংহৈ ঐহাক্না ‘থম্মোয়নুংগী ফজবা’।
পামজদে ফজবদো মপাম্বোংগী ঙাহাক্কী,
লেঙদবা পুনসিসিগী ফজবদু হাপ্পীয়ু।
ভক্তিবু খৌরাংলবা তাইবংমপু নহাক্কী,
ভক্তবু চানবী হৈবা, হে ঈশ্বর নহাকপু!
কনদোয়ুগবা ঐবু! অপাম্বগী লাংদগী!
নঙদি প্রেম পুম্বগী তুংনফম্মী তুংনফম;
য়োকপিহৈবনি নঙদি, ঙাকপীহৈবম্ম নঙনি!
নঙগী থৌজাল য়ারীবু তাক্নরগা মহৈবু,
তম্বীরে নঙনা ঐবু, প্রেম, দাতা, করুণা।

নংগী নতিক নগুণবু তমজবদা ঐহাক্তী,
নংগী শক্তি থৌনাবু উজবদা ননাইদি,
নীংঙৈ ঐনা নহাকসে, পুন্নমক্কী তুং'ফমনি;
জীব পুন্নমক্কীসু হুংশিনফম্মী নংদি।
খুরুমজরি নহাকপু হে তাইবংগী মপু-গু!
অকিবা, হুংশিবসু, থাজবা অল্লমসিন।
অমত্তা-ওই-তিন্নবা পুন্সিনথরে নফমদা—
পোক্লক্লে পূর্ক্লিংসিদা, ভাক্ত'দো নংগীদমক।
ব্রহ্মচর্য্য রাখল্লা ভাওরবনি ঐহাকসে;
নোংমগী রাখল'মগী শক্তম অমবু ঐনা
হৌজিক্তা উখিবগুম, শংশংনা, নীংশিংলক্লে।
মদো ওসি ওরাংগী, নত্তে কুইরবগীনি
খনপ্লিবা হঙ্গিন-হঙ্গিন, নীংথ্রবনি হান্নবা।
হুমিংপু পৃথ্বীমানা নৈনা-নৈনা কোযবগুম;
পৃথ্বীবু- থাজ- মানা হন্না হন্না কোয়বগুম;
ব্রহ্মচর্য্য রাখলবু কোয়রি ঐনা হঙ্গিন্না;
তত্তনা হোংলি ফিজোল, মঙলানগুম্বা রাখলনা
অরুংবা সনা-লুপা মণিমুক্তা কয়াগী
নৈতেংনা-নৈতেংববু পাম্লক্লরে হৎচাংদা।
হে ঈশ্বর করুণা! নংগী থৌজাল উখাদা
লেপচরি ভিক্ষারিগুম, হায়িবু মুক্তিমত্তা।
থোরক্লগা থাজনা নোংদোল অতিয়াদা,
কুপচনীংবা অমুক্তং মহৌশা মালেমসিবু,
থৌগল্ললিংবা অহিং নৈতেং ওইনা থাজনা;
মুর- নৈচিল মপৈবু উজনবা খুদক্তা,
থাজ থম্মোয় খোয়রাংবা' উপরোইত্র থক্লবা

হকচল্না পামজকবা লৈতেংবা মহৌশাবু
কায়রগদ্রা খঙ্গবা, মতৌহু গুম্লে ঐস্নু।
ব্রহ্মচর্য্য ব্রতবু থম্মোই শেংনা ঙাকচবা
ঙমজরগদ্রা খঙ্গবা, শাগৎচবা পুক্নীংদা,
ভাইবং পুন্সি ঈরাংদা জগোয় ঈথক হৌববু
উকরগা মীৎসিনা মীপাইজেদো থোইনবু;
পুকচেল লেপ্পরবীনা কায়রগদ্রা খন্দুনা।
নোংদম্বনা ঐহাকপু তম্বীরে নোংদমথীনা।
পোকহনবীরম্লে ঐবু লৈরাংগী জাত্তা ওইনা।
পাঙ্গল শোনবী নুপীজা লৌশিং থেনবী ওইবনি
মিপাইচাউবী ঐহাক্কী পাঙজদবী ওইবনি।
লৈরমদ্রবদি ঐগী থম্মোয়গী পাঙ্গল অসি
খাঙবা ঙম্লোই ঐনা পুন্সিগী চৈথেং কয়া—
মপান্থোংগী অরাবা হকচাংগী অনাববু
রাদ-নাদশিংগুম খাঙমদেদো লায়নবু,
মুংদা চাকপা মৈচাক্কী খাঙভুমইদো ঐহাক্না।
নুপীজাগী থম্মোয়দি কায়নরি মপা লৈতে!
থম্মোয়গী পাঙ্গলদদি নুপীগুম্বা ভাইবংনি,
পাঙ্গলহুনা ঐহাকস্থু ঙাকচরগে নীংজরি।
ঐহাক্কী পুন্সিসিদা পুক্নীংসিগী অহানবা
মাঙদা উথিবা রূপতি ব্রহ্মচর্যগী রূপনি।
নোংমদা নম্ভে উবা থাজ কয়া কয়ানি,
তওনা উহনখিবা কাউভমদ্রবা শকওংনি।
নীংলুবগা নত্তুনা রূপ অদো তশেংনমক
হকচাংদা চঙখিবগুম ঐথোন্দ তিল্লবগুম,
ভাইহাক লৈতনা খল্লী রাখল পুম্বা পুল্লরি।

ঐগী রাখল অনৌবা ঐগী মীংয়েং অথুবা
পূক্নীং কাচিন অসিদা পীক্ত-পীক্ত নীংঙ্গনা
নৈরক্লবা কুহনগী খল্লক্লবা রাখলনি।

লৌশিং নত্তা শৈদমপাল ওমজ্জত্রিয়ে লাকশিনবা,
পুন্সি খোঙচং কয়াগী নিয়ম্মাইবা কয়াদা
কল্ল-কল্লবা চৈথেং ওমগীরবা কয়াবু
কূপ্পীবা মায়া লাংনু তাইওন মাইওন্নহনা
উদবদগী মীনা তারি অমম্ধা লোক্তা।

পোকপা-শিবা নাইরিবা মীওইবদি ঐখোয়নি।
অচৌ অপীক খায়রিবা মান্নবা মশেল্লনক্তা
অরা-ন্থঃ ত্রাই থেংনরি পূমনমক্কী পুন্সিদা,
মদো মীওই ঐখোয়গী তৌনশানি তৌনশা।

অচৎ-চত্ত তাইবংদা হিংলিবা জীব পুম্বা
অমাঙ অতা নৈত্রবা পরমাত্মা মহাক্কী
শক্তিতনা লৈবনি, মহাক্কানি তাইবংসে
হিংনা-হিংনা চৎ-চৎনা জীবশিংগী আত্মানা
পরমাত্মা তান্নরি, পূম্নমক্কী তুংনফম।
মচীন-মরৈ ফাংলবা লংলাশিংগী লংহুমনী,
লংহুমহুগী লংলা-ওই জীবশিংনা যান্নরি।
মসি ঐগী পূক্নীংগী অনিশুব শক্তমনী।
অহুমশুবা শক্তমগী পূক্নীংগী রাগহুদি
তাইবং ফক্কাক অসিগী মপান্থোংগী হকচাংবু
মালেম নৈদা তিনখ্রগা মাগী জীব-আত্মানা
মাগী মপোক অহুদা তৌজরকপা কর্ম্মগী
মতুংইন্না চত্তনা পুন্সি পোনোই ওইনরি।
অনৌবা হকচাং ওম্মা অনৌবা ফিজোল হোংনা

পরমাত্মা মহাক্তবু ফংননবা তাল্লীদো।
তৌজরকপা কর্ম্মনা মহৈবু ওইরহনা
ফংঙমদ্রবা পম্মুংবু ফংজহনা তিঙ্খ্রি।
কর্ম্মতগী পুন্সিদা কর্ম্মহুবু তৌদনা
তাইথুন মায়থম্নরবা থোরম ঙাক্তা তৌহনা
অরেম্বদা চংনখ্রি, অথোয়ববু ফংদনা
জীবাত্মা কৌবসিনা, পরমাত্মা অসিগা,
অমত্তা ওইনা পুন্না লৈগদবা অহুবু
ঐহাক্কী পুক্নীংসিদা, ফাওরকই, অম্মম'ম্মম।
লম্বী লম্লোং ফাংলবা, লমফাংলবা তাইবংদা
কন্নি লম্মুক্লদানি, মপোক মপোক থুদিংগী,
পুন্সি পম্মুং খুদিংগী, লান্ন- লম্বী- পাম্বৈবু
লৈতবনা জীবনা পরমাত্মা ফংদ
অরায়বা নোংদন নক্তে ফংঙমদ্রবা লম্বীনি।
ফংদনব তাল্লবা, তান্না তান্না যৌদ্রবা
মফম অদো পম্মুংদো, নীং না- নাংনা চংলিবা
থোংচং অত্তান পুন্সি মহুনি তাইবং পানসে
লোতবা থবা লৈত্রবা, নীংশানি- নোংদম্বগী,
ওসি উসি হায়হনা চপ্থর পুন্সি লম্বেল।
কল্পনা মায়াতগী লাংনা কুপশিনখিবনা,
অশেংবা তাইব সিগী ফংজরবা শক্তম্বু
উহন্দে কমানুম্ম, থঙহন্দে তাইবঙবুম্ম,
ফংহন্দ-উহন্দনা তাহন্দ থঙহন্দনা
ঈশ্বর মানা থম্বী, জীবশিংবু য়েংমহনা।
অমম্বনি সংসারসে, অচকপনা থনবনি।
কারি করদা যুগতা, কনানা পম্মুংয়ৌনা
চংলিগনা হঙনদে, ফংলিগনা থঙমদে।

অহুগুম্বা পম্থুংদো লেঙদ্রবনি লেঙদ্রবা।
মসি ঐগী পুক্নীংগী মরীগুবা শাইওন্নী।
মৈতৈচন্থু ওইনবু পোক্লবীনি ঐহাক্তি:
মহৌশানা নুপীদি পাঙ্গলশোন্না পোকপীনি,
পাও ত্রবী ঐহাক্নী নোংশেম্বনা শেমগ্রবী।
ওলাংথাগী লৈবাক্তে অখাঙকনবী লৈরাংনা
কল্প মালেম লৈয়োলবু থিনগাইহুনা লৈনানা
লৈপাল-লৈকা চোংদনা লৈরাং লৈনা য়াওদনা,
উৎলকই 'অখাঙকনবা' পাঙ্গলশোনবী ওইরম্মু।
লৈরাং লৈশাং তম্নকই, লৈনম শীন্না য়েল্লকই,
অখাঙকনবী মহাক্নী 'খাঙহৈরবা' থম্মোয়বু
তাইবং থম্মোয় খুদিংদা, উৎলকই, তশেংনমক।
পাঙদরবী ঐহাকম্ভু, অখাঙকনবা মতৌবু
উৎচৗংবা তাইবংদা লৈরাং মাগী মতৌগুম,
থম্মোয় ঐগী চেংনবু ফাজিন্দুনা ইথম্বা
রাখল অনী লোঙদনা, অচেৎপা রাশক ঙাক্না
ব্রহ্মচা ব্রতবু অথোইবনি খন্দুনা
ঙাকচরগে থঙগ্রে, ঐগী থম্মোয়ন্নুংসিদা।
ঈশ্বরগী মরিদা, ঐগী থৌদাং পূম্ববু
পাঙথোকচগে থঙবি, নীংজরি ঙসিফাওবা।
চীক্লবা মকম অসে, নুংশিনফম ওইরিবা
লমদম তাম্নবা লৌনুক, শমহাংসিদা খুঙ্গংগী,
মফম খুদিং থুংনবু, কোয়জহুনা ঐহাক্না,
পূক্নীং মাগী মপাংবু তমজহুনা তশেংনা,
শেংলেম্মো থঙম্ববা থম্মোয়বু হাংদোক্নুনা
চঙজনীংই মহাক্নী চরণ-কমল-দা।
শক্তম্মাইবা খুদিংদা, মহাকমরী থন্দুনা,

নিরাকারগী শক্তমদা নীংজরুরে মহাকপু।
স্থিতি ওইদ্রিবা ঐগী, পূক্নীংসিগী ভুংইম্মা
নোংমস্থ নীংলুই ঐনা, উরিবা তাইবংপুম্বা
ওইদবা ভাক্নী হায়না; মাডদ্রবা শক্তম'মতং
পীনবীয়ু নিজরুই, উহনবীয়ু হায়জরুই,
নীংজরুই চেংন চান্না, তৌরুই সাকারগী রাখল।
চীক্ল-চীক্ল হেন্ননা, খল্লক্লে হন্না-হন্না,
খল্লুবা ঐগী রাখল. জগোয় হৈবী উরীগুম,
উরী মতাং খুদিংগী মপাল মরা চংনবা
লৈমায় শোক্লা হাইথনা, পরিং নাইরক্লে রাখল,
পূক্নীং মাগী মশাইকোল চেংন-লুনা থম্নবা
রাখল মপাল-মরাবু তাকম-মফম থিরক্লে!
নীংগুমদবা কৌরবা, পূক্নীংগী চিন্তাদুনা
লাঙতরুহল্লী ঐবু পোকহল্লীদো খোরাংবা!
নীংবা থুংদবা কয়া. নীংশিং-নীংশিং ইথত্তা
ইখম্মোয় ঐগী কায়না, তেংথাহল্লী কপহল্লী।
অদুবু হে ঈশ্বর! ঐগী পূকনীংদি লুপত্রে,
ঐগী থম্মোয়দি চুত্রে, রাখল অসিগীদমক
অফা-অপুন লৈত্রবা মনীংতম্বা অঙাংবা
মালং'মগী পুন্সিদা, পূক্নীংগী অপাম্ববু
নৌনা মখোঙ শোমদুনা মপাল-শাৎ, মহৈ-য়াম্না
মহৌশাগী লৈকোন্দা শান্নজবা পামজরে।
তাইবংবু যে.জনীংই রাখলদগী লাপথোক্লা,
অচীকপগী ভুংনফম, ফজবগী মশাইকোল
ঈমা মাগী তম্পাক্তা লেঞ্জনীংলে পুন্সিসে।
তম্বীবনা মহাক্লা, ভাগুরুরেদো ঐহাকনা,
মহাক্নী ঈশৌশিংগী মুংশিরবা স্নুরদা

ওইরুরেদো ঐহাকসু ভক্তিগী লৈপরেংদা
লৈরাং লৈচন অমগুম মহাকপু ফংনীংহুনা,
নিরুরে ঙাওচংননা নোংঙ্গৌবীগী মতৌগুম
অরংবা পোংশক'মবু য়েংলুরগা ঐহাক্না
মতুংগী অথকপগী মঙাল্তুদগী ঐনা।
হুন্না য়েংখোক্লকপদা, উরক্ল, লৈরম্বদো—
ঙৈমা মানা মুংশিনা, ঐহাকপু য়েংলহুনা!
মুংশিনা তিংথাক্লুনা, হরাম্না কৌবগুম্না!
পাম্নোমদো পুম্মুম্নবী ঙৈংলবী নীংথিরবী।

# মরীশুবা শরুক

নক্করুবী ঈমা-ও !
ওমজদ্রে থাংদোকচবা,
খোঙসে য়োংঙ্গিলংনা পুনশ্রে !

ঐনা ঙসি ফম্লীবা খাংপোকসে তোর্ব্বান্দনি,
ইদোম চীক্ল মপান্দা অহিংগী কুমৈ য়েংলি
মনুংদনা লৈরিয়ে পলেম পন্থৌ ঐহাক্কী ।
পূর্ণিমাগী থাজনা ঙৌরবা মাগী থাবল
পুরহনা তুমিন্না, নোংমদোন্দা চংলক্লে ।
মাগী ঙৌর-মঙালনা কুপ্লরেদো ঙসিদি,
চীক্লবা অহিংসিগী, মহৌশা মালেমসিবু ।
ঐগী পীক্ল চরুগী, খাংপোকসিস্থ য়াওনবু,
খাংপোকশংদা নত্তনা ঐহাকপুম্থ কুপ্লরে,
ঙৌরবা পূর্ণিমাগী, থাবল মঙাল অসিদা,
ঐস্থ অচৌবা পোংকুম, উরিনি অহিংসিদা ।
ঐগী মীত্তা উরিবা ফজরবা শক্লমশিং
তুমিন তুমিন লেপ্পীবা, মখোয়সিগী মতৌগুম,
ঐবুস্থ উরিগদ্রা থাবল মঙাল অসিদা ?
ফজনা ঙৌরহনা, তুমিন্না ফম্লহনা ।
লৈচ্য় নাইবা লৈরাংশিং থাজ মাগী থাবলদা
লৈশক-লৈচ্য় পান্দরে, মুশি মুশি উরেদো !
অহুগা অঙৌবনা তেংর্ব্বান্দা হৌরিবসে—
মশাগী মচুদগী তাদনা ঙৌনা উরে,
অমুকস্থ চামথোকপগুম উরে ঐগী মীৎসিনা ।

পূর্ণিমাগী থাজগী থাবলগী-দমক-তদি
অঙোবা লৈরাংশিংনা ফজবগুম নীংলুরি।
কোরৌ মৈশা লাংলবা মুংথিলদা ফোং ফোং শাবা,
লৈচু নাইবা লৈরাংগী ফজবনি হেন্দোক্লা।
লৈরাংগী লৈমনশিংনা লাইজথক্লা কেন্দুনা
তুরেল লাইজ ঈথক্লা তাউথবসে ঈপোমদা,
তাউথদবগুম উরি, কেন্দবগুম্না নীংলি
অঙোবগী তাইবংনি, অঙোবগী অহিংনি
পুন্সি লম্বেল চুম্নবা মতমদতা অফবা,
শইথোকত্রবা কয়াবু ঙইররেদো ঙসিদি।
মমল নাইত্রবনিকো থল্লক্রী পুক্নীংসিদা।
ঙসিসিস্না ঐহাক্কী তাইবং মপোকসিমগী
মাঙবা-তাবা লৈত্রবা স্নমিং'মনি থল্লকই।
লৈরাং নাচোম অমদা শীঙেল লৈচল অমগুম
ল্লাংপা তাবা লৈত্রবা শকক'মনি পুন্সিগী।
লমসিদগী তাম্নবা লুংশিরবা য়ুমদম্না
পূর্ণিমাদি কয়াগী থাজ থাবল কয়ানা
ঙানখ্রে পুক্নীংনু হূনা, কুপখ্রে ঐবু য়াঙনা,
অহুবু হে পুক্নীং-ও! ওন্থোকপগী মতৌনি!
থাবলবু নত্তবগুম, পূর্ণিমা নত্তবগুম
থল্লুবা ইবাল নত্তে, খঙজদ্রে ঐহাক্কী;
মথু ঐগী বিধিনি তম্লম্নবা নোংদম্নী।
নোংমগী অয়ুক'মগী ঈংলবা মালংবনা
ঈশাদা মানবীবগুম মোম্লি মোম্লি ঙাবদা
তিংথংগুম্না থল্লুবা হৃদু ঐগী ইরাক্লা?
অহুগা ঙসিনমুক, অচীকপা মফমসিদদি

হুম্নক্লীবা অকনবা মালংগী শত্নুদ্নুদি
করিগী খল্লুরিবা নানবীবগুম ঐহাকপু।
মহৌশা লমদমদবু অচান-মীরায় নাইরুরি।
নীংশিংলকই অমুকন্থু, মাওগী-ঙা হল্লা হল্লা।
অহিংদদা চাক্তাবী অহিংদদা খোংজবী,
তাংলো লৈনা থেংলবা ঈচীক হল্লবা মত্তমদা
হন্না হন্না খোংখিবা রাংল-রাংল খোঞ্জেলদা
রাংলেন পুংজা য়ৈবগুম নীংশিংলি ওসি ফাওবা।
থেওল-থেওলগদবু হেন্না শিংলকপনি
মপোকথীরবী ঐগী উইনীওগ্রব মীংশিংসে —
তুমখিদে অহিং কয়া, মীংশেল খংহুনা লেনখি।
হুক্কী মতীক চীক্লবা ঈচীক ভুল্লক্লবদা,
চীকপা মান্নরবদা, তাইবংবু শুম্নবদা,
রাখলসে পরিং নাইনা অতং-অখম লৈতনা,
লোইবা থম্বা লৈত্রবা, তুরেল ঈচেল মতৌগুম
চেম্বরকই য়াঙনবু থম্মোযসিবু থুম্মাংলৈ।
লুপাগুম্না ভোরবা থাবলনা ঈনোংশিল্লী
পুন্সিবু নত্তবগুম তাইবংবু নত্তবগুম,
তোয়না তোয়না কাউরক্লী ঈদোম ঈশাবু ঐনা।
থওমন্নস্থু থওদনা উমন্নস্ত উদনা,
নীঙ্গুহাইদনা ইথস্থা করমন্নস্থ লৈকনি:
অন্না-অনা কোক্লবা, ওলাং মৈশা নেম্নবা,
য়েংজহৌগে থাবলবু পূর্ণিমাগী থাজগী,
য়াউজহৌগে ঐহাকস্থ থাজ মাগী কুম্মৈদা,
পামজকই ফজববু ঐগী থম্মোয় অসিনা।
হে ঈশ্বর ভকইদা, নওগী নতীক নগুণসে।

থম্মোয়মুংগী পম্বুং ওই পামজরুই অপেনববু
উহনবীরি ঐহাকপু মীকুপ খুদিং তত্তনা।
ঙাওহল্লী ঐবু নঙনা নঙগী চীক্লবা প্রেমদা।
চিংশিনবীরি ঐহাকপু নঙনা নঙগী নফমদা।
য়েংলুরগা ঐহাক্লা নঙগী খুংশেম ফজবা
নহাকপু খুংশিবগী খাঙওমত্রবা ঈথক'মা
কোঙওমদনা হৌরকই লোম্হোক্তবী চেক্লাওম।
নহাক্কী খুংশেম্নক্লা ঙাওরবীনি ঐহাক্কী,
য়েংজরি মতম চুম্না নহাক্কী মায়কৈতবু,
অয়ুক মুংথিল মুমিদাং নোংম-নোংমগী ওইনা
উরুবা খুদিংমক্লা, থেংনরুবা পুম্বদা,
নীংজরুইদো পুম্নমক নঙগী শর্ক্তম্মী হায়না।
পোম্বী চেক্লা কয়াগী খুংশিরবা খোঞ্জেলবু
নঙগী থুম্ন য়ারানি, নীঙলি পুক্নীং অসিদা।
লিরী ছুম্বা মালংগী অঙ্গংবা শহ্মুম্ন,
নীঙজে নঙনা পীবীবা থৌজালমক্লী হায়নবু।
তাইবং সংসার অসিগী নঙগী খুংশেম পুম্নমক
য়ায়ফ চেল্লবা ঙাক্লী মাঙহৈদ্রবা খুংশেম্মী।
নঙগী কম্ন ঈরৈদা তাউরহুনা তাইবংনা
লেল্লী পুন্সি ওসিদি, ঐখোয় খ্বাই পুম্নমকনা
ঙাওজরি পুম্নমকনা নহাক্কী খুংশেমতদা।
পীক্ল পীক্লবা পোংশিং নঙগী খুংনা শেম্নবা,
মহুতদা থন্দুনা ঙাওজরি মীওইবনা।
পাক চাউএবা লবুক্তা শংবান্নরবা ফৌনাগী
মুংঙাইরবা কুম্মেবু উজবদা ঙাওরবী,
তোল্লবী ঐহাক অসে, পঙলবা মী ওইর'মু

পামজক্করি থম্মোয়না তাঙলবা মপোকলিদা
ব্রহ্মজ্ঞান মরিক'মা ফংজবা পুন্সিসিদা।
নোংম-নোংমগী ওইনা হৌজিনম্রি ইপুন্সিসে,
নোংপোক্তা থোরক্লিবা অহানবা কোয়ৌ মানা,
নোংচুপ্তা লৈথখিবা উক্রবগা ঐহাক্কা,
ঐগী পুক্নীং অসিদা পোক্লক্ল গুংশাথীবা।
পোকপদগী হৌনবু তংন-থান লৈত্রবা
কর্ম কৌবা তাইবংগী পুন্সিগী থৌদাংসিবু,
নওগীদমক কংলবা কর্মবু ওইজরগে।
পীনবীযু পাঙ্গলদো তোল্লবদি ঐঙোন্দা,
ঙমজনবা লাকশিনবা ঐগী পুক্নিংবু চেংনা।
নহাক্কী নকমতবু য়োজনবা পুন্সিদা,
ঈশাদবু লৈরিবা ঈশাতনা খঙজবা,
পোংশকশিংবু খুত্থমদা ঙম্লবদি থমজবা,
ঙমজগনি চঙজবা অচুম্বা পুন্সি লম্বী।
নত্তেদো চংকদবা অরাপ্পদা রানবু,
খুঙ্গং খুঙ্গং কোয়হৌনা ইথোঙনা থোংনা রানা,
ইনক নঙ্গা লৈরিবা ঐগী ঈশাদা পুম্না,
লোয়নম্রিবনি ঐনা অহুম্মক থানদনা।
মসিবু খুত্থনগুংদা চল্লবা মঙমহুদা,
ওইরগনি অথোইবা পুন্সিদো মীওইবগী!
অফবা মঙ্গল অদো অশেংবা মাংত্রবদো,
মসিতনা পুরকপা ঙম্লগনি অঙ্গৈংবা।
কাউন-কাউন লেল্লক্লী, ঙসি ফাওবা ঐহাক্কা।
চান্নরুবী নহৌশা, খোয়দাজবা মাতবু—
থোইনা-হেন্না পাম্বনা য়েংলুই মীকুপ খুদিংগী।

নঙ্গ-ভিজকনা মহৌশা মাবু ঐনা,
মহৌশা কৌবী মাগী মহৌশা শক্তমতবু
য়েংজবনা ঐগী ঈহৌশানি খল্লক্নে।
ঐহাক্কী থম্মোয়সিনা মিতাক্কবা অতুনা
লাং-থাক্কা ফাগ্রবনি থাকহঙনিংবা ঐনা।
থুরক্লে খওনা-খওনা ওমজক্লে নাম্মোকচবা।
মতুঙদা পেপ্পগে নিজক্কবা ঈশানা
হৈরক্লে তন্নীতুনা থম্মোয়সে পেপ্পবা।
নঙগী নত্তৌ য়েংলগা নোকখি নোংমা কনানা,
খওদবনা হংজখি মোমোন মীনোক করিনো?
তম্নীয়ুনে হায়জখি লংতক্কনা হংজখি?
ওসি নঙগী কুম্মৈদা মোমোন নোকচরি ঐনা।
হাযজখি হল্লা-হল্লা ভাওজনীংইনে ঐদি
নঙগী মুংশি ঈশৈদা নঙগী মুশিবা স্বরদা,
ভাওজবি ঐনা ওসি নহাক্কী ঈশৈ স্বরদা!
পামজকই নকুজবা মুমিৎথা থরাম্মীচাক
কলপনাগী মতেংনা যৌডমদবা মখোয়বু,
অসিদমু নত্তনা শক্নীংলুই অমুকমু—
পুষ্প-পাৎ চাওমান, ভূখোং, লৌবুক-লমহাং তুরেলমু,
উমং রামং উপবন, লমহা তুহাং অতাম্বা,
পোম্বী-চক্কা কয়বা নারক মোংশো অশুকপা,
নকুজনীংলুবদো নকুজবি ওসিদি।
লোইনা লৈরে ঈনাক্তা উজরে শক্তবগুম!
মতমচুপ্পা তিন্নানা নহাক্কা থানদনা,
অহিং মুংথিল নাইদনা অমুক মুংদাং খাযদনা
মতুমক ফজররি ভাসাদ ফংজনিংবা।

করি করম্বা অমুক লৈরিবগে অহেনবা।
লাইবক ফবা 'সিদগী থোইনা হেনবা অহেনবা।
তোপ্পী খণ্ডন-খণ্ডনবু মুংঙাইদকো নীংজরি।
মুপীজাগী মপোক্কী খণ্ডন-খণ্ডন থাজদে'
পাঙ্গলশোনবী-নি নীঙনা চীঙজাউগুম-না খঞ্জরি।
নওগী মায়থোং য়েংবদা উরে ঈমা নমোম্মা
মাঙদ্রবা থরায অমা য়াওবিবদো নঙোন্দ।
অরানবদি নত্তেকো অত্থৈগী মপাউদো!
তত্তনা হায়বিরঙ্গা কবি থোইবা 'রার্ডস্বার্থনা',
কবিগী কবিতাগী লৈনা পবেংশিংহুদা —
ইরমই লৈকা খুদিং মযেক লানা ফজনা
"থরায় পাল্লী মহৌশা অহিংবনি প্রকৃতীসে"
থেংনজবে চসিদি ঐগীসু পুক্নিসিদা।
অচুম্বা আদা ঐনা তশেংনা উরে মিৎনা!
উরুবা খুদিংমক্তা য়েংলুবা খুদিংমক্তা
মবোল্লোনবা শক্তম্না মোমোন নোকপা মায়থোংনা
তত্তনা কৌবি ঐবু তত্তনা তমলি মপাউ।
শক্তম মাগী যেংলুবা শাওং শাদা মাল্লীবা।
মীওইবগী হকচাংবু মাম্না-মাম্না উৎলিবা!
অসিবু কবিগীনো? তত্তনা হৌলি থম্মোযনা?
উকবনা কয়াবক থেংনকবা তোয়নবু
পাউখুমলি ঐনি, ঐনি, উনা-লক্তগী লোম্না।
অম্বম্বা শক্তমসিবু ফংহনবীরিবা ঐবু
উজবা ঐগী মীৎনা মুংঙাইদকো ঐহাকসে!
লুংশিরবী, উক্রবা খোঞ্জেল কন্না অমসু
তাহনবীরি ঐহাকপু ঐগী নাপ্ন অসিদা।

পোক্লরে তাইবংসিদা তিল্লরে মীওইলক্লা।
পলেম নঙদি মুংশিবী খঙহল্লে তাইবং শক্তম !
হন্দক তাইবঙ মপোক্কী, ঐবু য়োক্কপী থাকপীবা
ইমা পলেম অপোকপী, লৌবুক লৌরাং শুরিবী,
মুংশিদকো নহাকসে থল্লুবদা ইমা-ও
ইমা নঙগী তম্পাকথক নথাম্মুংদা লৈহুনা
মুংশিনবু য়েংজখি ঈমা নঙগী চে লৌবু,
নঙতনিকো নিঙজখি, নারা ঐগী শাম্নকম
খঙদবনা অতোপ্পা মপানগী সংসার 'মবু।
পোকপদগী হৌনবু ঐবু য়োকপী থাকপীবী
নারা ওইবী রাখলনা খন্দোকখিদো চম্নবু
মুংশিরবী ঈমানি, নঙতনা লোইরবনি।
ঈমা নঙগী মোল্লবা, তম্পাক নথাক্সুংদগী
হেন্দোক্লোই কৈদৌম্নুংদা খঙখিদো নমোম্না।
'হুবু তাইবং পুন্সিগী, অক্ক অনৈ তোরৈবু
মগং মথং অত্তম'স্তুম লাল্লবগী মতুংদা,
ঙসিদি থেংনরসি. ঐনা মহৌশা মাবু।
শাম্নজরি ঙসিদি হজং- হন্দা মঙোন্দা
মুংঙাই মরাং কায়নবু ওইনজৈ ঈমাগুম্না
খৈজ ইমা নহাক্কপু, অনিগুবা অপোকপী।
অনৌবা রাখল লৌশিং, অনৌবা জ্ঞান -মক্ক
খঙ্মোয়গী পাঙ্গলবুস্ত নৌন- নৌন হাপ্লিরি।
অরাববু খঙহন্দ, মু তাইবঙ্গুম নীংহনবী
ঐহাক্কপু পুবীরিবী, থুজেং পাল্লোয়নহুনা,
পুন্সিসিগী খোঙচৎতা, তোঙন- তিন্নরক্লিবী
ঈমা মানি মহৌশা ! মুংশিথোইরবী ঐগী !

অপংবী নাল্লা 'মনা চঙক্লনা যেংবগুম,
পুন্সিগী উর্থিত্রবা অঙকপা কূমৈ কয়া,
য়েংজরিবে হুংঙাইনা নঙগী শূমাঙদা ঐনা।
ওইনজরুই ঐহাক্না মহৌশা মঙোন্দবু
উহন্নবগীদমক-তা থম্মোয়গী পামজবহু।
অশেংনমক ঐ অসে তোল্লবনিকো লম্মন।
ঐনা করি লম্মনবু শিংলমগনি ঈমাগী।
লৌশিনবদা মথংবা পাথোকপদি চমদবী,
পাঙজদবী নমোয়্রি লাইবকথীববী ঐনি।
কোরৌহনবা মহাকপু পূজা তৌবদা পেনবী,
থাজগীদি চান্নবী থবোগীদি মতাবোহ
থম্বাল কৌবী লৈবাংনা হিংজবগুম ঈযায়দা
ঐনা হিজবি ওসি তাইবং ফম্বাকথকসিদা—
ওসিফাওবা হু ঙাহনা অরা অনা খঙদনা।
মালেম লৈমযোন্দদা ৩ থোনা হৌবকপগুম
পামেলদি উজ উাশংনা হৌবকইদো চাঙমায়দা
লৈহৌকনা নীথিনা, ''অথংক্লকংনি ফৈবা—
চেক্লা চাক্তাবনা হাগ্রন্দুনা কায়দোংই,
চঙজফম চানা চঙজৈ, চেক্লা যারেক ফংজৱি।
যারেকপগী অহিংদা উকবনা থাজবু,
খোংলুই মতমচাদনা, তাকবনা খোঞ্জেলবু
পানথ্রবনা থম্মোয়দা উকবনা শক্তম্সু,
চেক্লা মাগী মতৌগুম উক-ত্তারু খুদিংদা
ফেংদোকলকপনি ঐনা অফ ফত্ত খঙদনা।
হবাল মবাল নথেকো বনাগীস্থ যত্তবা।
মসে হৌনশানিকো তমজনাংবা নাপ্পদা।

লিরি ছুম্বা মুংশিংকী ঈংলবা শহুম্মবু
মোম্না ঙাররবদা, কনাগুম্বে হকচাংদা,
পুক্লীং-হক্চাং অনীমক ফংজবগুম মুংঙাইবা
তারুবনা তমজরি উরুবনা লীজরি।
পেলহম্মীকো নোংমম্ভু কনাগুম্বে থম্মে য়বু
খন্দুনবু লীজরি, মথং-মনাও খওদনা ।
লোইবা নাইদা মপাউসে লীনীংইদো হৈত্রমু,
উরুবা-তারুববু খওলকপা থেংনববু
চীক্লবস্থ মহৌশা ঐঙোন্দদি মাম্নরে!
অচীকপা কৌবা অদো লৈত্রে ঐগী ঈফমদা ।
তারি ঐগী নাপ্পদা তস্তনা ঙংলি হায়রি;
লীনরিবা ৱারিশিং; হংনরিবা ৱাহংশিং;
থোইমুশিংগী ঈশৈশিং মুংশি-মুংশি শন্নকপা,
চীঙলক-তুরেল-ঈচেলগী ঈরোম্নংগী ৱারীবু।
ৱাহৈ কয়া হায়রক্লে কাউওমদ্রবা পুন্সিগী,
ঙংহুনা লৈরি ঐগী, নাপ্পদা, লোইনাইদনা!
পীক্লবা লৈরাংশিংনা মালেম লৈরোম্নুংদগী
নৌনা-নৌনা হৌরকপা মপূ মাগী খুৎশেম্মী ।
লৈনা-লৈকা চোংহুনা পোম্বদগী শাত্তোরকপা
মথং-মথং উরগা খল্লী ঐস্তু ঙাহাকস্তু,
লৈনম চল্লবা তুংদা লৈখোক্তগী মহৈনা
লৈমায়দবু কেনথ্রগা পাম্বী মচা হৌরকই,
চারা মতোল চোংহুনা শারেপ অমুক তাল্লকই,
অমুক শিবা; পোক্লকপা মখোয়গীম্ভ পুন্সিনি ।
পোকপা-শিবৈ চক্রদা অহান অকোন নাইনবু
খায়হুনা লৈরিবনি মাম্নবনি মাম্নবা!

মীওইবা ঐখোয়গীনি খেন্নবা লৈতবনি।
কাওরক্লে ঐহাক্কীসু পোল্লক্লে পুন্নমকপু
তাইবঙ ইপিজাগুম্না, তিন্নববু হৌরক্লে।
য়ুম্থু নীংশিংহুনতা লৈরম্বদো তোল্লক্লে,,
হৌজিক হৌজিক ঐহাক্কি, মাঙ অসিদা উরিবা
শক্তম পোংশকশিংবু, য়েংহুনতা লেল্লক্লে।
অরাবা শকফম্থুনা রারবা মতমদতা
ফুংঙাইবা শকফম্থূনা' ফুংঙাইরবা মতমদা'
উরক্লে ঐনা তোয়না মখোয়গী মমি তারে;
ঐগী পুক্নীং অসিদা ঐগী রাখলদা চুরে।
লোয়বী চাঙগী ঈফুৎপু পিরাংগুম্না নীঙল্‌রি,
থম্মোয়নুংগী অরাবা ফোংদোক্লিবরা খল্লুই;
তুমিন্না লেপ্লবস্থু মরোল মখোল থোক্ত্রবস্থু
মথম্মোই পাল্লি মাস্থ রাবা খঙই মীগুম্না।
মতম কুইনগী ওইনা লোয়নরকপনা ঐনা
খঙলক্লেনে মখোয়গী, মপুক্নীংগী রারোলবু
তিন্নবগী ফুংঙাইবা ফংলবনি ঙসিদি;
কায়নবগী রাবস্থু ফংলনি নোংমদি।
তিন্নবনা কায়নবৈ অহানবা মহৈহুনি।
হর ও হরাঙ নোকপনা তিন্নবগী ধর্ম্মনি,
কায়নবগী ধর্ম্মনা পিরাং শিন্থবনি।
তশেংবদি কপ্পসে নোক্নবগী মচাক্কি;
কায়নরিবদো, নোংমা তিন্নবগী খুদমনি
লোয়দাম থাবুম তরুকপু ফারক্লে খঙহৌদনা,
লৈজরিবা ফুংঙাইনা মহৌশাগী তম্পাকতা!
শজিভু কালেন থানা মথং মথং লাক্নুনা

বসন্ত ঋতু কৌবী লৈতেংঙ্গে মহৌশাবু
নীশিংলিয়ে ওসিন্থ. নোংমা লমদা লোম্লবা
শজিভু কৌবা থানা, মহৌশা মালেমথক্তা
শকউংকে হৌরকপদা, ঙাইওমদবী মহৌশা
নীংথিজবী লাইরেম্বী, খৌরাংবা মিৎয়েং য়েংন
ফিজোল হোংগদবগী বসন্তদি ঋতুবু
শোম্না শোম্না লৈরম্বা থেংনরুরে ঐহাক্না।
খঙলুরে মপুক্লীংদো পুক্লীংসিনা তম্লক্লে ;
থৌবাংঙ্না ঐহাকস্থ ঋতুরাণী কৌরুরে।
"হে বসন্ত ঋতু-ও! অমুক্তা ঙাম্লরোনে
মহৌশাগী লৈকোন্দা লৈতেংলরো নহাক্ন।
মকে শেম্ন ফজনা মহৌশা কৌবী মাবু
নহাকপু উজ্রবদা মহৌশা লাইরেম্বীসে,
কপ্নিয়ে সুংঙাইতনা মপূক্লীং সুংশিন্থনা।
লাকনি খঙনা খঙনা, উগনি নীংনা নীংনা
ঙাইওমজদে উনীংই, ঙাইজরি ঈখৌলাংনা।
লৈতেং পুম্নমক্কগী নংদি থোইনা হেনবীনি ;
খোঙলৈ মতম চাদনা নঙবু হান্না ঙাইরুবা;
ফজরবা শক্তম্বু উংনীংলুবা তাইবংদা
মহৌশা কৌবী মাগী অহেনবা মরালমক্নী!
মচু-মচু হত্তুনা নোংদম্বনা শেমগ্রবা,
মীংপু থকহম্বা ঙম্বা ফজগ্রবা লৈতেংনি!
নঙবু লৈতেংজবদা তাইবং শীম্না ঙানবনি!
মতম-নত্ত ঈরাং হৌ, তান-চাদ নঙবু কৌরি।
শজিভু-থা লাকপগা ঈরোয়ননা নহাকস্থ
লাক্লগনি খঙনবু, ঙাইঙমদ-ঈথক-হৌরি

থাজ নোংশিং শুদনা নওবু লৈতেংনীংহনা
কৌরিয়ে শোঞ্জরিয়ে, নীংঙকপদা খুংদ্রবী
মহৌশানা, নোংশিংবু নীংশিংহনা ভাইজরিবী
লাংতক্লবা মীংয়েংনা নোংমদোলবু য়েংহনা,
শংবান্নবা ফজবা, মালেম তিংগোই মথক্তা
মুর' শন্নাং থাদোক্লা মালংবু পাওমেন্নরি।
লাংতক্লবা থম্মোয়গী চাং হেনমনখিবদগী
রাংলিবা মতমকুস্থ হেন্নবা মকশিলহন্নী;
শেরান-তুরান রাখন্না মাবু তোয়না লক্লরি।
ওইনচাউবী ওইবনা তেংথাজরি মহৌশা
লাক্লো লাক্লো হায়হনা খুংলাম তোয়না কৌজরি।
ঈশিং ভাইবী ঈঙা থা, কোকহনবীগে খৌরাংবা।
ইঙেন থাবু লাক্লনা গ্রীষ্ম ঋতু লৈতেংগে।
লাইজ ঈপান্থা কৌবী খোঙহৌ ফবী মহাকস্থ
লাক্লনা থরান-থাজ বর্ষা ঋতু লৈতেংগে।
খোঙচৎ ঐগী মুংশিবা কুমগী চিঞ্জাক ওক্লবা
মালেম পৃথ্বী তম্পাক্তা চারা মরূ হুন্দুনা
থরায় মচা কন্নবা থৌরাং পূম্বা লোইহনা
য়ুমদবু হন্নীংলক্লে, হয়েং ঈনুং ঙানবদা
খোঙশান্নসি হায়রক্লে, মমোম ঐবু য়েংহনা।
মুংশিজবা মকথু থাদোকপদা তারক্লে,
লৈনিংই হায়দুনস্থ মতম তাঞ্জা চাদনা
লৈথোকপবু য়াদ্রবা মফম্নী লৌবুক্লকী।
লাংবন থানা লোইরগা ফৌনৌ লোকপা য়ারক্লে।
হান্না খরা থাখিবা লৌনৌ ওইনা তম্নবা
মপোৎ খরা হাপ্তনা থৌরাং লোইরে চংনবা।

চংলগনি খল্লুবা খঙহৌদনা মুংশিরে,
কপ্পীংলক্লে ঐহাক্না পুক্নীং তত্না-তহারে।
থাংপোকশংগী মনাক্তা খোঙকাপ খবা চংলগা
থাখি ঐনা লৈ কয়া মখোঙবু শোম্বীহুনা,
ঈশিংবু চাইবীহুনা, শাংলে হৌরে লোইনমক!
কংখরে ঈশ্বরদা পুক্নীং শেংনা মুংঙাইনা।
হৌরবস্থু লৈরাংনা শাংলবস্থু ফজনা
করিদৌনি ঙসিদি থাদোক্লুনা চংলনি;
ফংলরোই অমুক উবা, কুমজা অমা লাক্লিখৈ।
মতুম্ন কনা' খঙনি মুংলম্নবদি মথন্তা!
য়েংবীনবা লৈতনা, শেম্বীনবা য়াওদনা।
চীঙ্গোলসিদা মথন্তা মাঙখিবস্থু খুইহুনা।
অসি থন্ন-থম্নবু লৈরাং নাক্তা চঙশিল্লে
লৈনা মনা পায়হুনা পুকথেম্বীরে ঐহাক্না।
"ফজরবী! রারুম্মু, নঙদি লাইবক ফবীনি!
চীঙগী লমদা হৌরস্থু, সহরদগী লাম্নবু
ঈশ্বরগী খুয়াদা, কংথ্রবনি ঐহাক্না!
হৌজমন শাচ্চমনগী মহৈ য়াল্লবনিকো।
লৈরাং নপুক থুংদবা রারৌগে খল্লগমু
ঐহাকপু নীংশিংহুনা লৈহৌরো চীঙলকসিদা।
শাংহৌরো অচীকপদা কল্লক-মিহৌ ম্নাওদনা,
নীংজরো নপুন্সিদা, নঙবু শেম্বীবা মাবু।
ঙম্নবদি শীঙেল-ও! নপাম্বীতা ওইরস্থু
খাঙলম্মু রানা রানা, কুমওন অমা কাওববু।
ঙাইরম্মুনে ঐহাকপু, লাকখিগনি শোয়দনা,
অসি হায়না ঐহাক্না মেল্লুরি লৈব্রাং মাবু।

অঙানবা লোইখিদ্রুনা থাশিগী অহিং লাক্লে,
ঙসিসে লাংবন থাগী থাজ-থাম্ন ফুমির্থনি
অমম্ব অহিং ওইরে, অমুবা মহৌশা ওইরে,
করিগুম্বা অমতা উবা কৌবা লৈতরে।
অমম্বনা লৈতেংলে, মুন-মুন উরক্লে।
য়েংনীংবগী মহুত্তা মীৎপু পাংনীংলুদরে,
ফজবগী মহুত্তা অকিবনা শীনখরে,
মীৎশেল থাঙনীংবা মীৎসে উইশিল্লগে হায়রক্লে।
মালং মাগী ঈপোমদা হকচীক লাংনীংলুদরে,
মপান্দবু ফমহুনা ঙহাক্তক্কাও লৈনীংদ্রে।
অঙকপনি হে পুন্সি! নঙগী খোঙচৎ লম্বীদা
অরাবা থেংননীংদ্রি অকিবা ফংনীংলুদ্রে,
ফজবতা উনীংই, নুংঙাইবতা পামজরি।
অঙানবদা অয়ুক্তা মরোল্লোনবা খুদিংমক
অমম্বদা অহিংদা তুমিন তুমিন লৈনরি,
খজিক্তক্কাও লেঙদনা ঙাল্লকপদা ঙাইনরি।
ফল্লাং মরী কোয়শিনবা খাংপোকশংগী মঙ্গুংদা,
রাখল মথোং খঙদনা তুফক তুফাই চন্দুনা
মীংশিং খোঙ্গুল লীক্লরি, হঙ্গৎ হন্দা খল্লুরি।
ঈমা লাইরেম্বী মাগী মীৎ অনীমক উইরবোই।
করিগীলো খল্লুরি, হায়জক্করি হমবু,
পাংথোকপীরো ঈমা-ও! নঙগী মীৎস্না থম্বাল্দো
উজবা ফংদ্রে ঐদি করিমত্তা তাইবংসে
অমম্বগী মরক্তা রাখল্লসে চময়রে।
মায়কৈ লেপ্পা ঙমদরে, ঐগী লম্বী মাঙখরে।
পাপ চেল্লবা মীগী পুন্সি লম্বী অঙ্গুদি

অসিগুম্বা মন্নিত্রা ? কিজৈদকো খনবদা
খোংখাং অমগী তুংদা খোঙদাকম খঙজতুনা
কঙাওননা থাংলিনি খুদোং-থীরিনি-দকো ।
মন্নে- কিরে হায়তুনা হন্দোকপদি মাদবা,
হেন্না- হেন্না মন্নসু অসুম অসুম চৎপনি ।
অমম্বা ঈরোন্নুংদা মন্না মন্না লুপখিনি,
অঙানবা মশক খঙদ, মীত্তাঙবগুম উদনা
চংলিনিদো লম্বীদো মীওইবশিং মীওইনা ।
থা-মন্নবা অহিংগী লম্বী লম্‌শাং চৎপদি
ঈশ্বর ও অথোইবা ! কিজৈদকো খনবদা ।
শীঙেল- লৈরাং মখৈনা অমম্বা মরকসিদা
করি করি তৌরিবা, উদরেদো মম্বনা ।
তাইবঙ ঐনা কিবগুম কিরিগত্রা মথোয়সু !
তোয়না থেংনরকপনা লৈরাং খাঙহৈরিগত্রা ।
মমখিবনা ঈশাবু ঈশানা খঙজদরে,
ঐ-লেপ্পী- ফম্নী সিদা হায়বতমক মঙায়রে ।
অমম্বা মরক্তগী মুশি মুশি তন্দন্না
কুফেং কুফেং ঙাল্লকপা: মারক উন্নক মরক্তে
জ্-জ্ পাইথোরকপদা, অমম্বগী চাংতুনা
হেনখিবনা মঙালবু, চাইথোক্তুনা মাঙখরি ।
অমম্বগীজগত্তা অরেম্বা ঙাক্তা ঙায়খ্রে !
মমল য়াম্নবা পোৎশকসু, হম্মুখরে মমলবু,
কান্নদবগুম্নবু, খন্নে, ফজদবকম
তাম্মোকপীরক্নে 'মম্বা মরালপীরক্নে কান্না,
লোংখন্নে অহীং তুমিন্না, অয়ুক্কা য়াকায়রক্লবদা।

## বিদায়

মতম কুইনগী তুংদা
হনগদৌবে ঙসিদি,
মুংশিন, বিদায নিবি।
লোয়দাম থাজ তককপু মশক উদ্রবা য়ুম্মী।
মুংশিজবী মহৌশা, থাজোক্লগে ঙসিদি।
পলেম পম্বৌ লোযননা খোঙকাপ অমুক রাযগে।
হে মহৌশা লাইবেঙ্গী। নতম্বাক্লা নচানা
ওঙ্খোইনা শান্নজবা ওইনজবা কযাবক,
নোংমা ফাদোক অমনা, ঈমা নঙবু মুংশিবী,
কেকু লোংপী- শান্নৈদো নংগী শক্তম য়েংলগা
নোংমা মুমিং অমনা রাহ পাউথুম শান্নজে,
নীংশিংলুবগা ঈমা। কাউংদবে ঐহাক্তী।
ঐহাক্কী থম্মোযবুদি হুগ্রবনিকা নঙনা!
ঋতু অতম খোঙলোই ইন লেঞ্জবক্লে ঐহাক্লা,
ঙসিদি ঈমা ঐসে নপান্থ দগী শেংলে।
মোমোন নোয়া লাকচবা শপ্পা কপ্পা হল্লনি,
অমুক কাযনবা ঈমা অমুক নিংগর্বনকো,
পীবীবো ঈমা বিদায়, পীবীগা নমোম ঐবু।
মাযথোং মুংশি মীনোক্লা, নমোঙ্ব পাঙমেনবীবো,
কুমজা কুমওন থুদিংগী লাকচগ মফমসিদা,
তবাম তবাম তৌবীয হে মুংশিবী মহৌশা।
ঙসি বিদায় মুমিংকী অবোযবা পুংফমসিদা
কচ্চবি ঈমা ঐনা লোইবী চীঙজুম্ লাইজনা,
চীঙগী উইগে রাকৈনা, অথেন পোাংপু শাত্নুনা।
কখোকপগী তর্পনবু খুজোক থন্না কচ্চরি।

লৌবীয়ুকো ঈমা-ও ! লংনবীগনু নঙনা ।
থৌজাল হৈবী নহাক্নী, হুংশি-চাউবী ঈমানি !
পলেম পঙ্কৌ লোয়ননা ইকোক নোমা হায়জবা
চানবীয়ুকো নমোম্নু, মহৈ মালহনবীয়ুকো ।
ঈমা নঙগী তম্পাক্তা থাজরিবা চারাসে
কচ্চগে ঈশ্বরদা নোঙ্গুকচনী ঐথোয়না !
বীদায় পীবীরো ঈমা, হুংশিরবী মহৌশা।
লাংবন থাদি লোইরক্লে খঙহৌদনা চংল্রেদো !
নৌরিবী থম্মোয়সি পাক্লেনে তাশোঙ্গ ওইনা !
ঈমা ঐদি থুক্নাংলে নঙগী হুংশি ভক্তিনা !
মাঙদগী তাইবংসিবু কাউন-কাউন লেক্লক্লে,
ঈমা নঙগী মাখলদা নমোমদি ঙাওরুরেদো—
অতুনমি ঈমা-ও অরা-অনা খঙদনা
নমোম্মা লেপ্লক্লীবা, লমদম্সিদা হুংঙাইনা !
হুংশিবা শক্তম কয়া উহনবীরে নমোমবু,
অকিবা শক্তম কয়া খঙহল্লে ঐবু নঙনা !
ফজবা শক্তম কয়া য়েংহনবীরে ঐহাকপু !
লোইরে ঈমা লোইখরে মফমসিগী লীলাদো।
থাবুম তরুক য়েংজ্না লেপ্লক্লে নমোম ঐনা !
হনবা মতম য়োক্লনা বিদায় নিজরি ঙসি,
পীবীরো চিংনদনা থাদোকপীরো নমোমবু !
নঙগী থৌজাল হুংশিবী কংলক্রগা নোংমদি
লাকচগে মফমসিদা শামজগে হায়গুম !
পঙ্কৌ শঙ্গায় পাংলক্লে লমশাং ইমা চংলক্লে,
হুংশিরবী, চীক্লবী মফমদো থাদোক্লগে,
তংগুইনরম্লে থনম্লে, কপ্প-কপ্প কাম্বরে,

মীৎলু পিরাং ঈহৌনা চীনবান তনিক-তনিক্না
মাওগী লম্বী ৱায়রক্লে ওসিগী অমুকসিদা।

“বন্দে শ্রোতৃন”—

ঐগী লুংশিখোইরবা
পাউদমশৈবু তারিবা
শ্রোতা! ৱারোইগমককো,
নপূক্লীংদা ঐহাকপু!
হৈত্তে ঐদি শকচবা ওমজদে তাহঙবা!
থম্মোয় নওগী পেন্নবা লৈজদে পাম্বৈ ঐগী!
শুর লুংশিবা পাম্মা থম্মোয় নওগী হুনবা!
মরীক-চূপ্পা ৱাহৈশু ওমজদে হায়জবশু।
রস লৈবা ৱাহৈবু ফংজনবা হায়হ্না
লুরবা সমুদ্রগী ঈরোমুংদা লূপ্তুনা
থিজবশু ওমজদে, পাঙল শোনবী ওইবনা!
চুম্নতগী তমজরি উজরুবা কয়াবু
ওমজদে তাহঙবা শুক্লৎ ৱাহৈ কয়াবু!
পূক্চেল শেংনা ঐহাক্লা থৱায় য়াওনা তমজরি,
পামজরুরি ঐনা কথোকচবা থম্মোয়সে
নীংজরুবা মহৌশা মাগী লুংশি মকাদা।
পামেল থৈরা অমোনবা চেক্লানা কায়দোংবগুম
ঐমাই চম্পাক অমোনবা শাম্নজে লুংডাইনবু।
পুন্সিবু অনৌবগুম থজহ্না ঐহাক্লা
য়েংলৈজে ঐনা লুংডাইনা অনৌবা লম্বী কয়া।
উজরুবা অতুবু পাউদমজবনি ঐনা,
তারুবতবু ঐনা তমজবনি তশেংনা।

শাগৎচবনি ঐনা ঐহাকী পুক্নীংসিদা
তোল্সঙ্গরুবা লম্মন, শিংজনবা হায়ত্নুনা—
মুংশিরবী মহৌশা ঈমা মাগী মকাদা
লৈয়াং পরেং অমবু লেংজরগা ইখুংনা
পূজা তৌজনীংইদো ঈমা মাগীদমক্তা!
মোন্না খোংলবী মাগী থম্বাল খুয়াখাত্নুদা
ইকোক নোন্না কংলগা পেঙ্গগনি নীংতুনা?
লেংজবনি পরেংসে! রাহৈশিংগী ঈশৈনি!
কংচনবা ঈমাগী মুংশিখোইবী মকাদা!
শৈগুত্রিবা, খোননৌবা চেক্লা নহা অমনা,
শৈশক শৈপালবা চেক্লা কনা'মগী ঈশৈবু
তারুরগা মুংশিনা শৈদম-শৈহৌ ওইনবু
শৈবোল শুদ-শকচবা, অত্তুগুম্না ঐহাকসু
শকচরি, পাউদমজরি উজরুবা কুম্মৈগী
মহৌশা শাইওল্লক্তা মাগী পুক্নীং মচুদা।

লোইরবা

